# খুদোল তমজবা —

মৈতৈ সাহিত্য নুংশিবীবশিংদা
বারুণী থারেং শৈরেং
মিংম্লেং তাবিনবা ।

* * *

# এলাংবম ৺বারুনী সিংহ



পোকপা - থাংজ ২৯ মার্চ্চ ১৯১৯ ইং।

**শিবা—লৈবাকপোকপা ৩ জানুয়ারী ১৯৩৯ ইং।**

# য়াওরিবা



———

# মাইনু পেমচা

মনিপুর সনা লৈবাক্তা ময়ম লমলেন থাংমৈবন্দা লৈরাং কেতুকীনা শাংপগুম মংদোম পাংথোক্‌ শাংলিবী, কনানো? মাইমু পেমচা কৌবিনী মশাবী বড়াচাওবগী লময়ন্‌ শিংগেবু হায়রুনা, শাংপনি। পাথংনা লোগে মথেমই মুরাম্নু লৈগে ময়াইদো।, পাথংনা চেনশি মহাইদো মুরাম্নু চোংশি মখুমই। পাওয়সি রাশক্তা পিডয়সি তেমশিংনা তাগী তাদোন চিক্লুনা থৌহ্ন মুংপাক থক্লবু রাশকনৈ। পাইখুৱা লম-থাং তচাবী শন্দোক্লা শরাগন্‌ পাইশিন্না খুদাপডাই মোমহ্নগী লমথাং মুংশিবী শয়য়দি হায়বী লৈনয়দি চুরবী ফিজিন চিক্লবু রাশক্লে। মরিক মচুম থক্লুনা পাথং শরি পন্দোন্‌লোম মুরা শরি পন্দোনলোম সত্যগী পংথৈ লেপ্লবু শিমিম্নশি রাশক্লে মাংখিন্নশি তেমশিংনৈ, অনীমক্‌।

মুংশিংপু লাংদা থুবরা লিনবু শৌনা য়ুবরা? তিডিগুম লোওয়া খয়াগুম মিপুক হুবনা থংলেন থংদা লৈচিন্না মমান্‌ থংদা লৈবাইনা মুমিং শিংবুম য়ামলক্লে লোইদাম থাবুম কুইরকলে। মুমিং শিংবুম চহুম-নী লোইদাম থাবুম তরানী খোইজী খোইথা মিহুম্‌দো অদাগী মিতম য়েকলকলে, হৈয়াং মক মকগে তাওজোং মহৈ নিংথিবা মাম্নকলে।

কুমগী মতম ওইবনা চিংদোই বাক্লীবু খোরকলে। "চংলুশিনে মুংশিবী" "শাবীগী থৌগন ইজগে,, বারম অসি হায়নবু পাওখুমথি। অসিগী মতুং থোকপদা থাউদন মানবী তথোংপী অগ্নি মানবী পুম্নমবী মুরাগী মথং মচানা তুক তুক খুরবল শারবী হয়েংগী ইমুং ডাক্লগা পাম্মবগী দমকনি মুংশিবগী দমকনি মেলন খুদোন শেম্মবু নিংথিজে।

ইমুং সয়া তৈরকলে হুইখৌ লাবা চিফেংলে লাইরেন লাবা য়াওরে, তাউথ্রা চিংগোই হেনবা ঙামুরে। চিংথৈ ফিতুপ অহুমনা লদীং লৈনা নিংথবা, হুল্লকলে। মথংলেন মমান মচানা মুরা মনেম মচাবু হৌগে হায়না লাকপদা মুরা মনেম মচাসু মথংলেনবু য়েংহুনা মপনগী থরাই থোঙ্গান্দা লৈরম্বই। "শাবী ইবুঙো লেংলকলে" "মুরা মো মু লাকচরে"। য়ারম অসি হায়রগা শাবী শানৌ অনিমক তুংগা মাংগা ওইনবু চংলকলে। থরবু চংলে হায়রগা "শাবী ইবুঙো মুংশিবা অসিবু করি লমনোনে পাম্মুবা ?" মুরা মোমমু অপিথক রাখা খুনগী তমথরকপা চোংগাংনা পোপতেক লোল্লগা হুপনা নাতৈ থিরিবা হম্বুরৈনা তোমশাংনরিবা লমলেন য়ারল পাংচাওবু অসিনি।" থরা চংলে হায়রগা লোইবী চিংথাং লাল্লগা "শাবী ইবুঙো মুংশিবা কুমগী মতম ওইবনা লোইবী চিংমাই অহেনবা থাম্বী মৈনা চাকথ্রবদা চিংমাইনদি হেনবগা তময়ানাদ ইশং শং, লৈরাং চিংথ্রাওনা শাংপনা ননাও পুক্লিং হুরিবা অসবু করি লমনোনে মুংশিবা" পাউহংই। "শিংঙুংকী কোইদিং মরক্তা থৌমু মুংশং মরক্তা তুরেনগী লকোই চেল্লিবা লমলেন চিংগোই তুরেনবু অসিনিনে মুংশিবী"।

য়ারম অসি হায়রগা শাবী শানৌ অনিমক তুরেনগী লাইজ থোংমুংদা কুপলকলে। মুরাগী চয়োমমুংদগী ইথিংগী চমপ্রা অপিথক খ্রাংনা তুম্বী মুংশিবী হৈরাং খুত্তা পাইনবু লাইজ ইপান লাংলকলে। অসিনিগী মতুংদা থৌমু মুংপাক থক্তুদা অরাংগী মিংশেন চাকমুংশেন ছ য়াগী মিরেন লাক্নুনা মুরাগী শমচেং রাশমচেং শমচেংকী চোপান

হাংভোকলে. মুৱাগী শামাই নিংথিবী শানৌ মচিন মনাওমক হাপথৱে।
অসিগী মতুং থোকপদা চৱৈ নিংথিবা হোংহুনা মুৱা থাংচেং মচিলাং মশাবীনদি তুংদাথম শানৌনদি মাংদা থা পোইবী চিংজাউ কাথিবা নিংথিজে।

থৱা চংলে হায়ৱগা মুৱা থম্বাল মানবীনা ৱাৱগী পন্দোন লোমলবদা পাথং তুখোং চৱলি মুৱা কাইনা খোইদালী হুমাং শন্দোই লৈৱিকনা চৱৈ ফিৱোন চোংলকলে য়াৱা খোমফম থোক্তৱে।
"থৌহু মুংপাক মথক্তা অৱা য়াইবী পোথোকশী" ৱারম অসি হায়ৱগা শাবী শানৌ অনিমক পোম্বীগুম চিল্লোক্ল' চেক্লাগুম চিন্দিম্না থৌহু মুংপাক থক্তুদা মুংশি মুঙোল লীনবু অৱা য়াইবী পোথে'কপা নিংথিজে। অসিগী মতুং থোকপদা মোমমুগী খুজেং পালোইনা লোইবী চিংজাউ অচৌবা কাখৱে। থৱা চংলে হায়ৱগা সরস্বতী কুণ্ড য়োৱকলে। অহুগী মতুং থোকপদা পার্ব্বতী খুকমলে সদা-শিবগী মূর্ত্তিবু দর্শন তম্না তৌখৱে।

থৱা চংলে হায়ৱগা "শাবী ইবুঙো মুংশিবা অৱা খুবম য়োৱকলে ননাওগী খুজেং পালোইনৌ মুংশিৱা।" থৱবু চংলে হায়ৱগা "শাব ইবুঙো মুংশিবা অসিবু করি লমনোকো থংনিংই।" "মুৱা মোমমু অপিথক শিব থলোং লাইকম্নী খুৱবসী।" অহুগী মতুং থোকপদা শিবগী থলোং চেকয়াদা অৱাবা লমদম য়োৱক্লবদা মথংগেন মমান মচানা মোমমুগী খুজেং পালোইনা শাবী শানৌ অনিমক কুমলকলে।
লমলেন থোংনাং পোকপী চিংথাংদা থৌহু মুংপাক থক্তদা মুৱাগী

নাপা আনদা হুথাংগী লৈরিক কানবু পোথারি।

ভাইহাক পুংগোই কয়গা "শাবী ইবুঙো মুংশিবা ইপাম লময়দথ মুংশিবা কদাইনো ?" "মণিপুর সনা লৈবাক্তি কুমগুইবগী লৈচিন্না নোংমদোন সরো শিল্লিবা, লৈচিনগী শান্দু মরক্তা অঙোবা ফুরা উরিবা সনাগী দলান শারিবা য়োইময়াই তাউদন অঙানবনা মালেম লৈদা কুস্বগুম শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরনা নিংথিরিবা অসিনি। লোইবী হাইস্নাম চিংগী নাপোমদা উয়োকী পরেং পাইরিবা নপাম লমদম মুংশিবা অসিনি।" অসিগী মতুং থোকপদা শাবী শানৌ অনিমক মালেম লৈমাই থক্তবু কুমলকলে। পাইখুরা লমথাং তচাবী শন্দোক্লা সরাসন পাইশিল্লা খুদাপঙাই সেগাগী তোংদম লোইথোইনা থরক্তা অকোয়বী থোংথাদা হিজময়েক খুবোমগী তোমশাৎ ঙাল্লবী; কুলামচু কৈংজাম ভাংশং শেং মুমিদাংবাইগী কান্দুদা শানৌ মচিন মনাওনা তুংগা মাংগা ওইনবু লমলেন য়াইস্কুল সরক্তা কারকলে। থরা চংলে হায়রগা মনিপুর সনা য়োইময়োল মপাম লমদম থাংমৈকন্দ গৌথরে। মুরা মোমহু অপিথক মশাবীবু য়েংহুনা "শাবী ইবুঙো মংশিবা ননাওগী থরাই থোঙ্গানবু য়োজরে।" মথংলেন মমান মচানা মুরা মনেমমচাবু থিল্লমলেবু হায়রগা ময়ুম নাক্তা হনখিদো।

অসিগী মতুং থোকপদা নোমগী কোয়ৌ মুমিত্তা পেমচাবু পোকপী মমাদা থৈডিঙল সনা কৈথেল্দা কমিন্নবী মতাবোইনা "শানৌ ইতাবোই মুংশিবী মাইস্নু পোকপী ইতাবোই ভসিগী কোয়ে

মুমিত্তা পাওহংগে শানোনা পোকপা ইবেম্মা লাংলেন ইবেমচা কৌবিবু লৈকাইগী পাওনিংখোন তাবদা মুরাগী হেকমাই কাবনা খোইজ্রি খোইখা মিহুমংদা অলাগী মিত্তম য়েক্লবু হৈরাংগী মরূ হুন্নবু তাউজিং মহৈ য়ানববু চুম্বরা ?" মারম অদু তাবদা মাইন্নু পোকপী মমানা মিহুন চেনগুম চেনগানা পাউখুমই। "শানৌ ইতারোই মুংশীবী লৈকাই কনাগী পাওনিংখোম্নো লৈকোক কনাগী মারমনো খংবা লৈতে ইতংরোই" পাউখুমই। "শানৌ মংনা খংদ্রবদি তৌরম্মরোই ইতারোই।" মরম অসিনা মেন্দুনা হো লৈখরে। অইহাক পুংগোই লৈরগা মাইন্নু পোকপী মমানা অরাবগী ওমৈখ লৈতনা লাইরবী ময়ুমনাক্তবু কুমখরে। মোমনুগী চেংলো উবদা "ইমোম লাংলেন ইবেম্মা লৈকাই পাওনিংখোন তাববু ইমোমগী খোইখা মিহুমং অলাগী মিত্তম য়েক্লবু হৈরাং মরূ হুন্ তাউজিং মহৈ য়াল্লি হায়ববু চুম্বরা ?" মাইন্নু পেমচা কৌবিনা মমাগী কোলোই তাবদা "পলেম ইমা ইবেমা লৈকাই কনাগী পাউনিংখোম্নো লৈকোক কনাগী পাউনোনে তৌবা লৈতে পল্লেমও' পাওখুমখি। মোমনুগী মপাও তাবদা মাইন্নু পোকপী মমানা "ইমোম লাংলেন ইবেম্মা ইমোমগী নপাও তাবদা মাইবী মপান কাই; তৌবা লৈরবসু তৌগনু।" মারম অসি হায়রগা মাইন্নু পোকপী মমানা মনা কৈথেললেন্দবু কাখরে। অসিগী মতুং থোকপদা পেমচা কৌবা ইবেম্মা পিথাই শমুক মাংদা থা মেয়াংগী মাইদা চন্দুনা অরোনবা থম্মাল শাবনা থুক্তা থোংলি- ঙৈগী মতমদা মুয়াগী থুত্তা পাইরিবা কবোগী য়েত্থ্ম নানিবী

মালেম লৈদা তাথিবা থংহৌদে। মশাবী মমান মচাবু নিংশীংউরে হায়রগা মিংসু থম্বাল মানবী অনিদা তরং লাইজ-ইফুং থোরুবু ম্রো'মনুগী খোংবী লৈথে য়েং য়েংহনা হিক্লা হিক্লা কপ্পবু মুংতোল্লী॥ অসুৈঙগী মতমদা মুংশিবগী কোলোই ভায়বদি য়ারোইদবোই খল্লকলে। য়ারম অসি খন্দুনা মপনগী থরাই থে'ংজিন্দা খুবাক লাইখন শাহুনা খুনিং মোইদোন কাংহুনা মুংশীববু লাকবরা হায়নবু ভামুনা মুংশা য়েংবগুম হে য়েংহৌই। অসুম তৌরিৈঙগী মতাংদা বড়া চাউবা ইবুঙো মপুগী থোগন কারুবা কুমলকলে। "লমদেন থোয়া'থোংগী লমদমদা থাংমৈবন্দ পলি মচিন্দা মোমহু চিক্লা-লৈববু মুংশি কনাবু ভাইবগে" পাউহংই। "শাবী কনাবু ভাইদেদা মুংশিববু ভাইবনি পাম্নুববু ভাইবনী লেংলকউ"। য়ারম অসি হায়হুনা মুংশিববু য়েংহুনা হিক হৈবা থোঙেম্না হায়রকই. "পাম্নুবগী মাথং মুংশিবা অসুম ওইরে হায়ববু ভসিগী কোরো মুমিত্তা হায়বিয়ু। লৈকাই থংদবা থংলকলে পলেম তাদবা তারকলে মুংশিংপু লাংদা থুরেদো লীনবু সোনা'য়ুরেদো পাম্নুবা ফিগৈ শেংববু থংজরগে"হায়-জখি। মোমনুগী কোলোই ভাবদা বড়া চাওবা ইবুঙো নিতোনগী মতৌ য়েংগে হায়নবু খুমলকই;—"মুরা মোমহু অপিথক নহারগী লোইদাম থাদদি লৈরাং লৈপান কুকে হায়না খল্লমই হুন্দক্তী লোইদাম থাজদদি লৈরাং লৈপাম কুকপবু ভম্মরোই। মুরা মোমনু অপিথক মণিপুর লৈবাক চাওইদো মুরা নমাই চোওনবা তৌথরো।" মথংলেনগী রপাও ভাবদা "পেল্লে পেলে মুংশিবা ননাও লাইবক

থৌখিদি লৈকাইগী—মমাংদা শিবম্নু শিবমি নগুংলাংগী দমক্কি অমনগী ম্না থোং কুম্বম্নু পাম্মূদে। মুপী ওইবগী পুকচেল্লি (শিগে হাইবম্নু) থাজদবা তৌবিম্নু মুংশিবা। ওসিগী কোয়ৌ মুমিত্তা পাম্মূবা ইংখোল চাওগোইনুং পাম্মেন উজাও থক্কবু অমনগী ম্নাইথোং কুমলগে মুংশিবা! মুপী ওইবী ঐথোইনা নিপা ওইবা নখোয়দা লালোই হায়রবা গুমদেদা মুংশিবা তম্না থোকনা গাংনবা চামা থোক্লা চৈনবা গাকপী হৈবা পুকচেল্লা গাকপীমুকো পাম্মূবা—তৌইগুম্বম্নুং মরুপলোই ঐহাক্লা লাল্লমদবা থোক্রবদি—মুপী হাংপা পাগুবু পুংহীরো পাম্মূবা। মুংশিবা নপাও তাবদা পেল্লে পেল্লে পাম্মূবা লেংও লেংও মুংশিবা।" হায়রম অমু তাবদা মুপী ওইবগী পুকচেল্লি শিগে হায়বা খিওম্মোই ফাগী তোগে হায়নবু "মুরা ম্নোমম্নু মুংশিবী শিগে হায়রবম্নু ননিংনি শিনিংত্রববু ননিংনি" হায়রম অসি হা ম্নগা ম্নাদি বড়া চাউবদো চংথরে।

অমুগী মতুং থোকপদা ইবেমচা কৌবী ইবেম্মা পলেমগী যোলাং থাদগী তরেংকী শিকি অনা পুতুনা লৈকাই লাইরিক হৈবদা বড়া চাউবা কোলোইবু হো ইরুরে। অমুগী মতুং থোকপদা পলেমগী লুখুম কাদগী শিংমিং নাচৈ লৌমুমা মপনগী সগাই-থক্কুগী লাংজন থৌম্নী কোনথৌরী খিনথরে। পাথংনা ইবা লাই-রিকতো মোমম্নুগী লমথাং ফিজিলা লাইরিক চেংনা ফিশিল্লে, পলেমগী যোলাং থাহুদা থমলুরে। মুমিদাংবাইগী কান্নুদা মুমিংনা চিংয়া থাংবদা চিংয়ানা খেন্দোং লাংবদা তময়ানা কোরি-চেনবদা পলেমনা চানবা তম্নাবু সংলৌ লুকোই সেম্ববু নিংখিজে। ভাইহাক

## মাইনু পেমচা

খুংগোই লৈরগা পলেম মমা কুমলকলে। খরাই থোঙ্গান য়েৌররা "ইমোম লাংলেন ইবেম্মা ইচাবু লৈতবরা" হায়নবু হে কৌরকই। পলেম্মগী মপাও তারবা, "নমোম লৈদো ইম্মাও" অসি রাদি হায়রবু পাউখুমখি। অসিগী মতুং থোক্রপদা পলেম মমা ইবেম্মবু তন্না মুকোই পিলদনা খোমখেন শানবা তুমগনবু হে হুমথরে। পলেম্মনা তুমগন হুনখ্রবদা পেমচা কৌরবী ইবেম্মা তন্না চাগে চংলুবা, মোমন্ননা পাইরা চথোমদো মালেম লৈদা তাখিবা খংহৌদে। অদুগী মতুং থোকপদা তন্না চাবা লৌইরগা পিথ্রই শমুক মাংদা থা মোলাং আইদা চন্দুনা অকোইবী থম্বাল শাবীবু লোম্নিঙ্গৈগী মতমদা মথংলেন মমান মচাবু নিংশিংলুরে হায়রগা মোমন্নুগী খুত্তা পাইরম্বা কবোগী য়েত্তুম নামিবী মালেম লৈদা তাখিবা খংহৌদে। অসি কোরৌ মুমিত্তা পলেম ইমা থাইনববু কোরৌ মুমিং মুরবোই ময়ারম অসি খল্লুবগা মিংম্না থম্বাল মানবীদা তরং লাইজ ইন্না হৌনবু খুদাং পিক্রম তৈনবু হে-মিকপই। অমুম তৌরিঙৈ মতমদা পলেম মমা তারুহুনা, "ইমোম লাংলেম ইবেম্মা ইচানা খুদাং পিকম তৈববু লৈকাই নমাম্নবনা চবৈ ফিবু হেনবরা? ইমোমগী ময়াংপা মক্রবু পনথৌ নপাতানিদো অতৈ করিস্নু মাংত্তদো। খোমলেন তুমগন হুল্লসি লাকও লাকও ইবেম্মা।" বাঙম অহ তারবা, "পলেম ইমা ইবেম্মা নিত্তি লোংব ম খুদিংগী নমোমনা পায়া খোইহুব খোকইদো, অসিগী কোরৌ মুমিত্তা নমোমনা পায়া খোইহুব মাওদমুনা কপ্পনি। মারম অসি হায়রগা পলেম

পলেম মমা ইবেম্মগী পোম্বীগুম চিল্লোক্না চেক্লাগুম চিন্দীন্না খোম্লেন তুমগন হুনববু ওইখরে। অহিংগী তাংলৌ খেংলবদা নমু মিচিক তাত্রবদা মাইনু কৌবী ইবেম্মা "খোম্লেন মিকপ থোক'খ্রদো। খোম্লেম মিকপ থোক্লবদা খোমুম বিধি নোংদম্বা নিঙোনগী সতি ধর্ম্মবু কাইহনগে হায়না তৌরম্বা," ৱারম অসি হায়রগা পলেমগী যম্লাংজাংগী হে: হৌপংলে। পলেমগী খোংবী পাইহুনা মিংম্না থম্বাল মানবীদা তরুং লাইজ হৌহনা "পলেম ইমা ইবেম্মা পলেমগী খোমলাং নাদগী লমনবু শিংবা ঙংদ্রে ইমাও নমেম শাইবক থীবদি ঙসিগী কোরৌ মুমত্তা পলেম থাইনৌ হাররুনা তমখ্রমাল্লেনে ইমাও!" অসি বাদি হায়তুনা পলেম মমাগী খোংবীদা মুরাগী মথুং মচনা চেংনা পাররে হায়রগা খোংবী চিংনা য়েংতুনা মোমনুনা হিক্লা কপ্পদো কল্লকই।

অসিগী মতুং থোকপদা পলেম খুকম্মলগা পলেমগী মোলাং খাদগী মুরা মোমমু আপিথক লাংজন থৌরী খুত্তা পাই লমথাং খাংজেংনতুনা মুংশি মশুংলাংগীনি খোংজিন নাত্তে কাংতুনা চারগা পোরোন শত্নুনা হে: থোরক্লে। তাংলৌ অহিং খেংলবদা মথংলেনগী লমদম লাক্নুনা য়াংনা খুদোন হুল্লক্লে। মথংলেনগী ইংখোল চাওগোক্তুং তলা ৱাকথোবা উখোং খাদবু হে: থুংউরে। পামেন তম্না য়েংতুনা তলা উজাও নঙোম্বা নিঙোন বর নিজগে নিঙোন্না নিংবা পুক্নং হে থুংহনবিয়ু। ৱারম অসি হায়রগা তলা উজাও কোন্দুনা পামেন উকে কাববু মুরা অৱলা ওইবনা তমগ্রেদো। মতৌ অতু উবদা তলা হঙংনা য়েংতুনা

"প'মেন উজাও নহাকপু লৈরাং মপান শাংনিংদবরা তাউজীং নিংথিবা য়াম্নিংদরা নিঙোন শাপপু তৌরগে।" অতুগী মতুং থোকপদা পামেন উজাও অত্থনা খুংনা পাইনা চিংবগুম হে: কাখরে। তদা উকৈথক্তা ফমত্থনা গোলুক শ্রীবৃন্দাবন লোম ওন্দুনা রাধা গোবিন্দ যুগলবু হৃদিদা চেংনা পুনখরে। অসিগী মতুং থোকপদা মশাবী বড়াগাওবা কৌত্থনা "শাবী ইবুঙো মুংশিবা ননাও লাইবক থীবিনা সেবা পন্দোন লোমলমদ্রে য়ারৌগনুকো। মুংশিবা। ওসিগী কৌরৌ মুমিত্তা ননাও থরায় থারগে। শাবী ইবুঙো মুংশিবা বড়াচউবা কৌবাও তাক্কে মুংদে হায়গনী লোমা শিবা নত্তেদো। রারম অসি হায়বগা পলেম মমা কৌত্থনা "পলেম ইমা ইবেম্মা ঙদিগী কৌরৌ মুমিত্তা নযোম লাইবকথীবিদি অমনগী য়াইথোং কুমলগে। হয়েংগী ইমুং ঙাম্নবদি পলেমগী চেংলৌ উররোই"। রারম অসি হায়ত্থনা পলেম মমা কৌত্থনা যোমমুনা হিক্না কপ্নদো মুঙোম্নি। অসিগী মতুং থোকপদা গোলুক বৃন্দাবন ওন্দুনা মথুং জোর তৌত্থনা হরিগী কৃষ্ণ খুরুমলগা লাংজন থোরী কোনথোরী থোরী কোঙ্গোই গুরু হুক, যোমমুনী লমথাং লেংদা য়ান সাবী মশুংলাংগীনি পামেন উজাও থত্তুদা অমনগী য়াইথোং কুম্নদো মুঙোম্নি। নিংতোনগী সউম্ন তাবদা বড়াচাউবা ইবুঙো থোংজিন নাত্তৈ কাংত্থনা পাথংনা কোইনা য়েংবদা মুয়া যোমমু অপিথক পামেন উকৈ থত্তুদা অমন য়াইথোং

কুম্মদো উরুরে । "সাবী ইবেম্মা মুংশিবী তৌরমশিবা অসিবু খো পেন মংগ্রেম্নবরা ত্তাইবং মাগং পানবরা ! ম্নুবানতৌ য়েংগে তৌবু প ইমা লিংজগ থাবনা অমন ম্নাইথোং কুম্মসে মাংহল্লগে তৌরবোই" । ৱারম অসি হায়রগা বড়াচাওবা ইবুঙো পাখং হিক্লা হিক্লা কল্লবু হে চংখরে ।

ইন্নুংগী সরা তৈনা ঙানবদা অযুক্কী য়েন্দা অঙনবদা বড়াচাওবা ইবুঙো শিকি অনা থুবাম পাই লমথা কাংথি- য়েং চেকথৈ কংবা লাক্লুগা লৈকাই কাং সানববু চংখরে । ঙাইহাক পুংগোই লৈরগা য়োইমম্নাই তাউদন অঙানবা থো- রকলে । ইন্নুং সবান ঙানবদা মাগী মসংগাইদগী তয়ুম মীকোক অমনা মিঙোম্না প্রান থারম্বা উরুবে । অতুগী মতুং থোকপদা লৈকোক লৈকাই তারকলে । অসি ম্নাদি থম- খিসি ঙসাই মখৈ পল্লিবা নীঙোন পোকপী ম্নাইথাবী মাইন্নু পোকপী মমাবু লৌক্লাস ।

মাইন্নু পোকপী মমানা ইন্নুংগী সরানা ঙানবদা খোমলেন্ মিকপ পাংলবদা মমোম লাংলেন মচানা লৈরমদবা উবদা "ইমোম লাংলেন ইচাবু লৈকাই মৈরৌবা চংলবম্লু লৈকাই মনাম্নবগা শিংলে থিরবম্লু হল্লকপা কানবু ওইরেনে । লৈকাই পাউ- নিংথোম ভাবদা বড়াচাওবা মম্নমাক্তা ম্নুয়া যুবতী অম্নবু অম্নুংগী ম্নাইথোং কুম্মী হায়নে । মহ য়েংবা চংথ্রবরা ইমোম লাংলেন থিরুগে" ৱায়ম অসি হায়ত্তুনা মাইন্নু পোকপী মম'মা

মুরা খাংজেৎ মচিলাং শিংন চেনশুম চেনগাম্মা বড়াচাওবা ময়ুমনাক্তা হে থুংডুরে । বড়াচাওবগী ময়ুমদা মমোমনা কৈরম্বা ভৈবদা নীঙোন পোকপী মম'না মমোমগী চেংলৌ উবদা মালেম লৈমাই থক্তুদা হে মাঙ্গরে । অত্তগী মতুং থোকপদা মমোমগী চেংলৌ মেংহুনা "ইমোম লাংলেন ইবেম্মা ইমোমনা তৌরিবা অসিবু খোমলেন মংগ্রেম্মবা মমু তাইবং পানবম্মা খংবা ওমত্রে ইমাদি। ইমোম লাংলেন ইবেম্মা চাক্তোন শিদোন লোমদনা অমংগী য়াইথোং কুম্বসে হে পাম্মুইদা" ।

রারম অসি হায়দুনা মাইনু পোকপী মমাদো কালেন তেং-পাক মথক্তা তিনথোক মাংদো চোংবশুম থরোগী কাংক্রম ওন-বশুম্ম ওম্না থোইনা কম্নদো কলকই। অসিগী মতুং থোক-পদা বামোন কলকী কৌবনা পামেল উজাও থক্তগী লাং-জন থৌরী থোক্তুনা মাইনু পেমচা কৌবীবু মালেম লৈমাই থক্তুদা হে লৌথরে । মুরা মোমমুগী মশাদা বম্নম্বা খুদম লৈবগে বামোন কলকীনা য়েংবদা মোমমুগী লমথাং ফিজিদা পত্র মচেং অমদা য়াদি বড়াচাউবগী কোলোই মমিং পন্দুনা মুরাগী বিসি চেংনা পুন হে লৈরমলে। মুরাগী পত্র উব-দা য়াদি বড়াচাউববু হিংরমে । বড়াচাউবা ইবুঙো কোলৌই মপাও হংবদা চেন্দে হায়মে পলেমথোই। মুরা মশুংলাংগীনি মথুং তুংবুন পরৈন বড়াচাওবা ইবুঙো মণিপুর সনা থৌইমায়ান মপু সনায় নাত্তবু পুথরে।

## য়াইস্ন পেয়চা

অসিগী মতুং থোকপদা মুয়া যোময়ু অপিথক য়াইস্নু পেচয়্
কৌবীবু লমপেন সিনাম চিংজিন্দা থম্বরে ।
তয়ুমগী য়পাও তাবদা যুবরাজ শিংথোং অনেম্বা মাবু পোকপ
পম্থোস্নু কলহৌগেবু ওয়েহোদে । তয়ুম মহাকথক্তবু কলহৌ
গেবু হায়রহনা চরৈ কিঙৌ হোংহনা কারকপে । য়াদি বরা
চাউবদো শাগে থুনং চাউবনা অভম্বা য়ুমথোং থুদিংদা তরেং
শেনবু চন্দুনা পাথংগী য়াইবী থবাইবু কনখিরে ।

অসিগী মতুং থোকপদা খোয়ুম লাইরাম মথৈনা মোমপুগী
বাতায়বদা নিঙোন ওইবী মহাক্তি সতীগী ধর্ম্ম কাইদক্নী খো-
য়ুম লাইগী ময়ক্তা তিনহনসিবু হায়রহনা খোয়ুম লাইগী ময়ক্তা
মুয়া মোময়ু অপিথকতো হে তিনখরে ।

১৭–৭—৩৮ ইং।

---

# বৈতরনী লানবদা

পাখং মথোল কাবনা মুরা থম্বাল ময়ুমনাক লৈরাং লৈপাল ফুকে হায়নবু হে পাউথেমই ।

মুরা মোমনু অপিখক পাখংগী মপাও তাবদা মুরা ওইবীগী পুক্লিংদা য়ানিংদবগী মরমনা নোংমগী কোৎ চুপ্পবু খুম্মোই হায়বা ওমহৌই । ইমুং সরা ডাল্লগা "মুরা মোমনু অপিখক নহৈ চাগে ইবেম্মা নপাল চিনগে হায়ববু য়াররোইদ্রা মুংশিবী ! ওসিগী কোয়ৌ মুখিত্তা নিঙেনগী পুক্লিং অরোইবা হে গায়দোকউ ।" পাখংগী মপাও তাবদা "শাবী ইবুঙো মুংশিবা হন্দকী মপোক অসিদা ওম্মরোইদো মুংশ্রিবা । হয়েংমুক্কী মপোক্তা পাখংগী লমন নিংথিনা শিংজ্রগেকো পাম্মুবা" ।

মোমনুগী মপাও তাবদা ' মুরা মোমনু অপিখক হন্দকী মপোক অসিদা শিরোই নারোই হায়ববু করম্না থংবগে মুংশিবা ?" পাখংগী মপাও তাবদা "ইপা মাইবা মচানি ইদোম করি মাগদগে ইমা মাইবী মচানি ইদোম করি শিগদগে" ।

রারণ অন্থু তাবদা ' মুরা মামনু ইবেম্মা হন্দকী মপোক লাঙোন্দা মুরানা খুত্থম চলহৌরেদো মুংশিবী । হয়ুং থমমুং সরা তাম অমনগী য়াইখোং কুমলগা বৈতরনী তুরেন মপান্দা লমন শিংগে মুংশিবী ।" রারম অসি হায়রনা টকাইবনা মাংওইনা ওকশমগী তোংদম হাই লাবা চরৈ কন্দুন চৎখিদো ।

অ'সগী মতুং থোকপদা মাইনুগী দমক্তা য়াবনা পাখং মথোন কাবদো হয়ু মমু সংলকলে তৌরাং ফক্তা য়'ওল্লে অয়ো হায়নবু নোংদমলে। পলেম পম্থৌ অনিনা—"পারী ইবুঙো মুংশিবা। তাইরং চাক্তি নিংথিবা খুবাম হুকউনে ইবুঙো।" তরা চাবা য়াখিদে। পাখং খাংমা থক্তবু অমনগী য়াইথোং কুমগত্রা তরেং শেনবু থাহুনা পাখং লাইকম্নববু শিঙেন অরেম্বা ওইরেদো লৈবাং অতিভা ওংরেদো। ৱবা ক্ষেরেল লাওব কম্মাংচিং, খুমু মিসা তাম্বা লুরুকচিং সন্না মিতমপেক লাইবা মুডামপেনবু য়োংগ হায়ৱক্লে। মাজিংগী চিংদোন্দা গঙ্গা ঈরম তরং-ক চেল্লক্লে। খাম্বী মৈত্রেং অরাবা গুরুগী ফানখোং নিংথিবা চাক্লগেবু হায়ৱক্লে। লাইজ ঈশিং অচৌবদা গুরুগী ফানখোং নিংথিবা থুমগে হায়ৱক্লে মালং খঙ্গোন অয়াংবা গুরুগী ফানখোং নিংথিবা হুমদোকলগে হায়ৱক্লে। থোঙাকনিদা অশিথেন খমনুংগী 'কক্তাই লওনবীগী মচিম য়োগে হায়ৱকলে। খমনুংগী কিক্তাই লওনবী অমন'াবী লওনবীনা শ্রীঅঙ্গ তাউজীং হৈকোমুংদগী হৈৱং মচেৎনা শংবা হৈ তাউজীং তংখাইনা মুনবা হৈ, খোংবান নাৱা শিৱেলহৈ তাউজীং খুত্তা পাই-হনা তারি ম নৈ কাউহুমা হৈরাং চাওবু পাউথেম্বা য়াথ খোই। পাখং চামনা শিৱগা মুৱা চামনা তাইমকম, মুন্না চামনা শিরগা পাখং চামনা তাইনপুং খমনুংগী সন্না তানথেন, অমনগী য়াইথোং মংনপুং হে য়োৱক্লে। মপনগী ওমাং মথৈ মুমু ত্তাবু য়াইদি অতেম্বা কিজংগী লৈনা খন্দুনা লারা ল তোম্না মাইথ ওই লকু মতুপন।

মোলাংসা থেঙ্গু সবা য়াহিপ্পবু লাইরেন সাংবা য়াতাববু হে রোইখরে। অসিং, তুং থোকপদা পলেম মমা ইবেম্মনা চিংহি উতি নিংথিবা হে লুবি. । পাখংগী শমচেৎ রাশমচেৎ শমচেৎ তোলান হাঙোকলে। " খংগী শমাই নিংথিবা হাপ্পিরে। চরৈ ফিঙৌ শেৎপিরে। তুরেনগী চাংজৌ মপান্দা শিংবী অনিনা কারন চন্ থাকন্ চান্দুরা য়াত্তুনা মপুগী হিয়াং কু:মঙম পাখংগী দেহে নিংথিবদো খাম্বী মৈতান্ ওইহুনা হে মাংহৌরে। পাখংগী য়াইবী থরাইদি খোঙাক লাইরেম্মা য়ৌরকলে।

"পারী ইবুঙো লাক্লবরা ?"

"পলেম ইবেম্মা লাকচরে।"

"বৈতরনী তুরেন য়োনবা য়াংলো লখী অচুম্বা শমু খুৎনা থিরবু তাকপীয়ু।"

"পারী ইবুঙো হংশিবা লোইবী চিংখাং কারকউ"

বৈতরনী য়োবা য়াংলোবু শমু খুৎনা থিরবু তাকপীরে। পাখংগী য়াইবী থরাইলো বৈতরনী চাংজৌ মপান্দা হে খুংগুরে। তোংজেল রুরিং লিতুনা খুমু নৌদি খুবা পাই রাকরৈ খোংনেং হিতোংহুনা বৈতরনী লামগে তৌবদা মুরা মলেম মমাবু হে নিংশিংলে ।

পাখং ওইবা শ্রীহারনা অমনগী য়াইথোং কুম্বদি মুয়া মতং লাংবীদি শানৌ মাবু চাইথিগে মাংগী লমন শিংথিগে হে চাইহৌই।

অসি হাদি থম্মখিগে মুরা মনেম মচাবু লৌরুশি। মোমনু মনেম মচাদি ম'বু পোকপা পমথোৌগী য়াথং ইম্মুনা অপাম মুংশি থুংবলনা মপান্নী মযোম শাংলেদো। খোমম নোংদম থিবনা ভাইবং চিঙ্গাক চারিউে চাক্তোন ফিদোন লোমদনা থমনুংগী সরা তামথুমা অমনগী য়াইথোং কুমলকলে, বৈতরনী চাংজৌ য়োরকলে। মুরা অকলা ওইবনা বৈতরনী চাংজৌ লানবদি ওমদরে। মোমমুনা কোইনা হেংবদা মথংলেন মমাম মচাবু উরুরে।

পাথংগী চেংলৌ উবদা মুরা মোমমু অপিথক নোংদম ওইবা বিধাতানা বৈতরনী চাংজৌ মপান্দা ওম্বরোদি হাইনবু তমলম-বোই ওসিদি। পাথংবু লানবিয়ু হাইরবম্মু লানবিগনি নিংদেদো হাইরোই হাইনা নিংবম্মু ৱাংলেন পুংগোই শোইরনি। নিতোমা ইকাই ইকাইনা হে কৌরকলে।

" বৈতরনী চাংজৌ মপান্দা তোংজী ফুরিংমরিবা ৱাকয়ৈ হিবু তোংলিবা থুমু থুংসুমরিবা মুপী অকমা লাংনিদো শামীবুদি শানজুম ৱাকয়ৈ হিবু লানবিয়ু বৈতরনী তুরেন কুকোইবু হে লানবিয়ু।"

মুরানী মপাও তাবদা পাথং পুংদোল কাবনা পাওথুমই।

" মুরা মোমমু অপিথক নহান ভাইবং ৱালংপান্দদি নহৈ চাগে পীজদে নপাল চিনগে চিলথন্দে, হৌজিক থমুং সরা তামবদা ৱাকয়ৈ লাম্মু হায়বদি হে লাকজরোই।"

" হায়বিমুংনে মুংশিবা লানবীমুংনে ইবুংঙো

লানব ভস্মোইনে অপিথক। নহান ত ইবং পানবদদি ইপা মাইবা মচানি ইমা মাইবী মচানি শিরোই নারোই হায়বদাই হৌজিক থমমুং সরাদা নাদোম করি তাম্বগে ? নপা লাইয়েংঙক্কবরা নমা লাইয়েংঙক্কবরা ? লানবা ভস্মোই মুংশিবী।" পাওথুমই।

" লানবীগমু মুংশিবা ঐবু পোকপা পাম্বীনা লুথুমগী শেনফু হাপলকই। ঐবু পোকপী পালমনা থুমাগী শেনফু হাপলকই; হঙোই মুরা কোম্প্রেংবী লৈকুদা। ইশৈ শকলিবী লৈরাই ভেংথা হৈবিবু লালহনগে "।

মুরাগী মপাও তাবদা -

"লালহমুনে মুংশিবী'।

মুরা অবলা ওইবীনা হঙোইদা লানগীমু হায়বদা হঙোই মুরা কোম্প্রেংবীনা থুমলকই— "নহাক তাইবং মালংপন্দা নপনগী মাঙোন থেঙ্গৎলাং পিথ্রাই সমুক মাংদা থা মোলাং য়াইদা চন্দুনা অকোইবী থম্বাল সাবৰু লোমিঙৈ নপনগী শুমাং মথোবুং তাবুরোইগী মতোন্দা তাংজ লিলহা পাথংবনা হঙোইগী থাংদা লাক্লবদা য়াইবী মাংনিংদবগী মরমনা মুরা নংবু কৌছুনা থরাই কনবিমু হাইজবদা কনবিখিদেদো ইবেমা, লানবা ভস্মোই ঐহাক্তি।"

হঙোইগী মপাও তাবদা -

" লানবিগমুদা হঙোই—ও!"

পনথোনা তাকপা লমন্দি লোয়ুম্বা কানখোং ফুরুগে, পলেম্মা ' তাকপা লমন্দি ৱাকয়ৈ হিবু ওইহনগে। শমলাং অনিনা থোংশানা শমলাং অমনা পাম্বৈ ওই, পারী অমনা নমদা থোং, ইমোম অমনা থাদা কোন, ইমোম্মা তম্বা ঙিৱাম্বা কয়ম্না য়েংগেগে নুংশিবা।"

পাখং মথোন কাবনা নুৱাগী মপাও তাবদা. নুৱাগী মতৌ য়েংবদা হে নুংঙোম্লে।

" নুৱা মোমনু অ'পিখক নতৌ য়েংগে তৌবনি লাকও লাকও নুংশিবী বৈতরনী লাল্লসি "।

ৱায়ম অসি হাইৱগা ৱাকয়ৈ হিদোম্ থক্তুদা নুৱা মোমনু অপিখক কৈরা থক্তা পমতুনা মোমনু মনেম মচাবু বৈতরনী তুরেন অচৌবা হে লানবিরে ।

পলেম মানবী ইমাথোই, তাইবং মালং পান্দদি অপাম নুংশি থুংনদে । থমনুংগী সবা তাৱবা অমনগী য়াইথোং কুম্ৱবদা অপাম নুংশি নুংঙোনবা থুংনখি ।

শানৌ মচিন মনাওদো কোৱৌ নোংপাক্লেদো । থোয়ুম লাইথোং খুদিংদা তরেংকী শেনবু কংলুরে ।

থোয়ুমগী ৱাথং ইন্দুনা শানৌ মচিন মনাওদো মৈত লোকপু কৌবদা কেতুকীনা শাংপগুম শাংলরে। মপোক লাংলোন অমদা অপাম নুংশি থুংনৱবসু মপোক লাংলোন অমদা থুংনখিরে ।

তাং ১৫ । ৯ । ৩৮ ইং

---

# (৩)

# রাধাপ্রেম ইশৈ

শ্রীশচিনন্দন প্রভুনা হরি সংকীর্ত্তনগী ময়াইদা নাচে জগোই শাহনা নিংথিরি। য়েংথংবা মাইকৈদা অবধুত নিত্যানন্দনা নিংথিরি। ওইথংবা মাইকৈদা চামথোইবা গদাধরনা য়েংজরি। অদ্বৈতনা পুংয়েরে, ভক্তনদি ইকোই কোই, শ্রীবাসনা ইশৈ হন্দুনা নিংথিরে। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা ব্রজগী ভাবপু নিংশিংলুহুনা রাম্বরে।

ব্রজদা চাউরবী যাবত্তা ওংলবী অমত্তা পোকপী লৌশিংবী মলয়াগী মুংশংনা খংগোম্বমা হুবগা উমানদি ইখাই থাই কৃষ্ণগী প্রেমা চারক্লে। চাকথরেনে থরাই, মনথরেনে হকচাং পাররোইনে বিথি, শিরগেনে রাধে য়েংউ রাধে, চন্দ্রাবলী কুঞ্জদগী কৃষ্ণ লেংলক্লে। য়েঙোই য়েঙোই চিল্লিবা লৈসে।

যাতি যুতি, মনুহর, চন্দ্রমুখি, অপরূপ নাগেশ্বর, সৌরভ কাঞ্চিগী। ঋতু বসন্তনা ওইখগা নবীন মাধবী লতানা শাংচরে। ভ্রমরা খোইমুনা লৈগী লৈহি চুপ্পদি প্রান ফাহিলে। বসন্তনা ওইখগা য়েল্লিংমগা হুনবগা কোকিলনদি খোংবসে থম্মোইগী পাইয়ুম কাইরেনে। উশাখক্তা ভোংহুমা পঞ্চম শর ওইহুনা কুহু কুহু খোংখসে থোইনা হেন্না চাকলেমে। সুখময় চিন্নিচম্পা, সুন্দরমণ্ডলে সুগন্ধি মাধবী লতানা শাংচরে। "কুসুম লৈরোং চিল্লিবা সখি কনাগী লৈরাংনো খংনিংই।"

রাধা হায়বী মুংশিবী বৃন্দাবন্দা শাংপগী চিনবনি" ।

"নাচোম ওইনা শাংপরা অশেম্বা ওইনা শাংপরা মুংশি চন্দ্রাবলীনা শেম্বা লৈনি থংজরেদা কালা।" খোইমু লাবা খ্বাংনৌবা থম্বালগী লৈফম হোংদুনা লৈহৌরো। পাংলুরোইনে বিথি পেন্নরোকো কালা; ভূমিতলে লৈমাইথক্তা পড়াইলু ওল্লগে। পেন্ন-রোকো কালা যমুনাগী ইয়াইদা প্রানগী থরাই থারগে।"

"প্রান রাধে লৈরম্মু য়েংউখিগে মাধবতো, থরা চুড়া কংলুবদা রাখিদেনে চান্নবী; শাউহম শাওই রাধে। শাউরামাল্লে মাধবতো মথুরাগী বাশী তাখিবা থংদেনে চান্নবী।"

"ঐনহুম থিনা হায়খরে শাওররিনি কালাদো। মফম্ কৈদা চংলগা প্রানবন্ধু উগবা হায়য়ু হায়য়ু সখি। করম্বা উপায় তৌসিগে? প্রান ললিতা ইবেম্মা রাথরেকো থরাইসে, মুপী ওইবীগী পুকচেলসে পংত্রেদকো ইতারোই। থাবন্নদি থোক্লগা মালেম পৃথি, মম্বত্তম কৃষ্ণবুদি উত্ররগা ঐগী থম্মোইসে মম্মিদো।"

শ্রীবৃন্দাবনগী ময়াইদা শিলমনি মন্দিরনা নিংথিরি। রাধা কৃষ্ণ অনিনা রত্ন সিংহাসন মথক্তা ডাম্বোইরি। মনুং চনবী সখিনা মাগী মাগী সেবাবু তৌজরি। শ্রীরূপ মঞ্জুরী সখিনা মাগী কাগোক পাইদুনা থোগল্লি। শ্রীকস্তুরী মঞ্জুরী সখিনা মালতী পরেং পাইদুনা হুকচরি। শ্রীলবঙ্গ মঞ্জুরী সখিনা চন্দন খুত্তা পাইদুনা অনিমকী চরন্দা থোগল্লি। রাধা কৃষ্ণ অনিনা রত্ন সিংহাসন মথক্তা ডানথোইরি।

## ২২ রাধা প্রেম ইশৈ

হা হা পুক্নিং অশংবী মীওইবগী মপোকসে পোকচগেবু নিংজোও। রাধা কৃষ্ণ অনিগী চরনগী থম্মাল লকাবু, চরনগী থম্মাল লৈহিবু পুক্নিং নবো খোইমু ওই, খোইমু লাবা ওইদুনা চুপচে ও। বিধি কন্ন কৌবনা মীওইবগী মপোকপু পোকচগেবু ঙমখিবে। তমালশীদি মপোংদা উখিবৈবা য়েংপগুম অনিমকী চরণবা য়েংচগে।

অসিগুম্বা ইশৈসে চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কৌবনা লোয়নখি। শ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী অনিমকী চরণদা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কৌবনা থোগাখি।

বারুণী



# (১)

# পুন্সি ইচেল

ইঙা থাগী থাম্নাইসি
নোংমু তম্মা চুরি।

খোৌরাংলবী কমলগী তুরেন্না
কংজরহুনা লাইরম নপুক থন্না
হরাওবগা লোইন্না পুক্লিংদা

ঙংলহুনা মমেক মাওংবা ইশৈ
চেহরি মথা পাংন্না।

মতম অসিদা অসিগুম্বা
কোইথোকপগমই ইতোম্মতা

য়েংগে' ইহুম্না তুরেলগী কন্না
চাংজো নাইরবা ইশাতা
ইথকী জগোই শাখদো

জগোইগী খুৎথেক হাপ্লদো
ফুমৈনি মিংকী কিরবা।

বারুনী সিংহপ্নী



## পুল্সি ইচেল

লোইনহুনা কোঙ্গোল মপৈপগী
ঈশিং চাদি কৌশিংনা
লমজেল তান্নহুনা তাওথরি ।
তৌরিবা কুম্মৈ পুম্নমকসি
য়েংলিভৈদা মিৎ কুপ্তুনা
উরমই অরাপ্পদগী হি'মা
লৈতেংলবা লল্লোন পোৎনা থম্মী ।

পাইহুনা মথুত্তা নৌ'মা
লেপলি হিম্লংদা নিপা'মা
হোনগৎলকলি ঈচেলগা লান্থেংনহুনা,
অকিবগী মশক ফংলবা ইচেলনা
লোইনহুনা তমথিররা ইথক্কা
হোৎচিল্লক্লুনা লৈনা লৈনা
লান্দারকলি হি তমহুনা ।

অসিগুম্বা লানকমসিদা
খুদোং থিরবা তাঙ্গাসিদা
থজিক্তং শোইথিবদা থৌওইদহুনা
নত্রগা খুদোং চাদহুনা
মাংগদৌরিবনি পোৎশিং মমল য়াম্লবা
থবাই খুবাক্তা হাপ্তুনা
হোৎনবদগী পান্জল থেক্লা,

## পুন্সি ইচেল

থৌনা কৱবা মপাসিনা
অথাং কনবা হিরোম্বসিনা
অহুনা ইথকী শানকদু
মাইথিবা শিঙ্গনা অকনবা ইচেলদু
ওয়েথি খুবা মন্নাতা ।
উরুবদা অসিওবা দৃশ্যসি
থরকই পুক্রিলো রাখলসি,

মপাল মাইত্রবা পুন্সিগী
কল্লবা ইচেল অসিদা
কৈথাই থিনগাইবা ইথক কয়াংনা
খুদোং থিরবা ইরৈ কয়াংনা
মিকুপ পুক্তা থুদিংগী
পুন্সিগী চাওখৎপা ইচেলবু
চেৎপে লাক্রি ওত্তুনা ।

থাংহৈবগী নৌনা হোন্দুনা
হন্দবগী চৈতাক্লা তাক্‌না
কৈথাই থিনগাইবগী ইথকপু
মাইথিবা পিবা মীওনা
অকাওবগী সংসার অসিদা
লেংদবা মৎচেৎ থনয়হনা
অমিংবা থবক পাংথিবনি ।

---

* ইংশোক ১৯৩৫ গী "ললিত মঞ্জরী" পত্রিকাদা কোংথিবা ।

# স্মৃতি কুঞ্জ

১

নজবগী তুংনবম

নিংথিবগী ভিমফম

প্রকৃতিগী শান্নফম

কবিশিংগী পান্নফম

২

মৈতৈ লৈকোন্‌ংসিদা

মতম লৈরাং কয়ানা

মীওইবগী পুনসিগুম

মতম থয়া শাৎলম্লগা

থাজবনা হয়দা

লৈখোত্তগী কেন্দুনা

লৈকোলগী মোংফম থক্তুদা

মাংবথি পন্তুনা পুমহুমা ।

৪

মফমসিদা নজবরা

লৈকোনসিদা নিংথিরবা

মৈতৈ লৈকোলগীদমক্তা

হোৎনরবা কনাগুম'

## স্মৃতি কুঞ্জ

৫

তক্ত'মনা নোংচুপলোমদী
থারমই লৈরাং পাম্বী'মা
পুরক্কুনা চার'মা নোংচুপকী
লৈরব্রোইদবা অমাং অতা ।

৬

বসন্ত লাকপদা মৈতৈ লৈকোলগী
খল্লমাল্লে মতম য়োৌরে
লৈরাং কয়ানা নিংথিরবী
লৈতেংলে লৈরাং পাম্বীসে ।

৭

অতিয়া লৈকোন্দা শাংপা
মঙালনা শিংথিবা লৈরাংগী
মাংহনবগুম অমম্বা অহিংগী
শাংকাইরবা লৈরাংসিগী মঙালনা

৮

ঙালহনবতা নঙনা মৈতৈ লৈকোল
কাওথিহনা মৈতৈগী থম্মোইদা
পাংহল্লে লৌশিংগী মিং
মপাল নাইত্রবা অময়া সংসারদা ।

স্মৃতি কুঞ্জ

৯

নিংখিবা লৈরাংগী মুংশি লৈনম
হুম্মখিহ্নুনা মতমগী মালংবনা
শিংলুরে মৈতৈগী চিংমাল
জঙ্গল নারক শিংলক্তা ।

১০

জিব ফাওবা লৈমুংশি থংদ্রবা
খোইমুণুম্না লৈনমনা ভাওরবা
শুক্মাওনা দৈরাংগী লৈনমনা
গেল্লকলে লৈরাং পাম্বী তম্না ।

১১

লৈরেহনা পাম্বীসিগী মরুমদা
পোম্বাজহনা লৈরাং লৈখোংদা
মারুরা কাপেম মুংশোদা
মারক্রে ইংলবা অমৃত লাইজ ।

১২

লৈরাং পাম্বীসে নিংখিজরবা
চাউখৎলসম অতিয়া পরা
মাঙী শশোরুরা মশামরেংনা
পিসম মুমাইরা উরম মৈতৈদা ।

১৩

অৰুংবা মঙালনা লৈৰাংসিগী
মকহৈনসম্নু মুমিৎ থাবু
মুংশিবা মনম্না মাগী
শুক্ষ্মৎসম্নু পৃথি, জিববু ।

১৪

ভাকসম্নু নিংথিবা লৈকোল'মা
উবিদনা কনামত্তুনা
লোত্তুনা নোংপোক্কী চীংলক্কা
লৈরি হায়না তাইবংসিদা ।

১৫

হে পুকচেল চাওরবা ভক্ত
মৈতৈগী অতোপ্পা লৈরাংশিংগা
নংনা থারম্বা পাম্বীসিগা
শেমসম্নু নিংথিবা নিকুঞ্জবন ।

১৬

হে মুংশিথোইরবা ইবুঙো
চাউখৎপগা লোইননা লৈরাং পাম্বীনা
চাউখৎসম্নু নংগী নিংথিজরবা
মিংচৎকী অইংবা নিকুঞ্জবন ।

স্মৃতি কুঞ্জ

১৭

মৈতৈ লৈকোনগী চেক্লাশিংনা
মখোইগী সুংশিন্না খোঙ্গেলনা
শকসনু ঋতু খুদিংমক্তা
নংগী মিংচং কোলোই ।

১৮

লোইননা লৈরাং লৈনমগা
নংগী মিংচংকী মনমস্থু
ছুমখিত্নুনা মালংবনা
য়েনসনু মাইকৈ শিন্থুংনা ।

১৯

মতমগী মরু ময়াইদা
শেমলমলিবা স্মৃতি কুঞ্জ
থনম্লিবা মুংলরোইদবা থোঙ্গুল
নিংথাইগল্লবা মতমগী লৈডোইদা

২০

পুকচেল চাওরবা ইবুংগো
চংজগে নংগী মিংচং উদ্যান্দা
লম্ মাংনরবদা মতমগী মরু ময়াইদা
তারবদা মায়া মরিচিকাগী মখুত্তা

---

* ১৯৩৬ কী জোন্সটোন হায়র ইংলিশ স্কুল মেগাজিন্দা ফোংখিব
স্কুল অসি লিংখৎখিবা স্যার জেমস জোন্সটোন নিংশিংনবা শৈরেং

৩

# নুংশিবা

১

নুংশিবা ! নহাকসিবু করিনে ?
অহিংনা চৈচিক হুল্লক্লগা
থানা মাংনা কারক্লগা
অহিং লিক্লানা মুৎডমদ্রবা
মীওইবগী থম্মোইনুংদগী
হৌরকপা মৈরিবা অকনবা ?

২

নংগী অকনবা মৈরিনা চাক্তুনা
মুডাইবা সংসার লৈকোনিসে
মান্নহন্দুনা চাক্লবা মরুভূমিগা
নিংথিবা অয়ুক্তা পুনসিগী
পোমশাংনরম্বা তগুপ তরেংনা
কেনখ্রবা লৈরাং কয়া লৈথোক্তগী ।

৩

শাবী শানৌসিংগী
থম্মোই লকানুংদগী থোরকপা
তিন্নফম থিডমদ্রবা ঈচেলগী
( অতুগা ) প্রনয়ীশিংনা পুন্সিগী ধ্রুবতারা
য়েংদ্রনা হোল্লিবা জিবন তরনী
সমদ্রুরা মপাল নাইদ্রবা ?

মুংশিবা

৪

অমম্বা সংসারগী
অকনবা নোংমুংশিং মবক্তা
ধ্রুবতারা মাংখ্রবা কনাগুম্বা
লাইবক থিবা হিহোনবা কয়া
নংগী গর্ভমুংদা ইরারুহুনা
কয়াদা অরাবা নংলিবা !

৫

থম্মোইগা থম্মোইগা প্রনয়ীশিংগী
কিশিম্নবা লংলোন নাইনা
থোকডমদনবা ইরাই লাইনা
লংজারা পুক্সিগী অশেংবা ?

৬

নত্রগা য়েংবদদি ইচম চম্বা
পুনথুগদি অমুক্তং
থদংপা ডমদবা মতম কুইনা
অথোংপা লৈরাং পারেংলা ?

৭

নত্রগা চংফমদি ইরাই লাইবা
থোরকফমদি থংদবা
পুনসিগী থো শিংহনবা
লম্বেল্লা থম্বা নাইদবা ?

৮

নত্রগা থম্মোইগী অরাবা উবিদবা
মিত্তাংবীরা নহাকপু ?
মীনা ওাংবশু তাবিদবা
না/পংবিরনে নহাকপু ?

৯

নত্রগা অমনা অমগী মরমদা
থনবতনা মথৌ ওইবা
ধ্যান তৌকম অহুগুম্বা মীশিংগী
উমংলা মংলৈবাক্তী অচিকপা ?

১০

নত্রগা থম্মোইবু থম্মোইদা চিংশিন্নবা
য়োংচাবীমা নহাকসে ?
থম্মোই খুদিং হাংনবা
সনাগী শোজৈরনে নহাকপু ?

১১

নত্রগা শাবী শানৌশিংগী
মিৎচিদগী খোরকপা
মথোল্ডি খোক্তবা
পাওরা থম্মোইগী অথুম্বা ।

১২

নত্রগা কমাগুম্বা'মগী থম্মোইগী মনি হুয়ানখিহুনা,
লোৎলুয়গা অমম্বা সংসারগী কাচিন'মদা
য়াহল্লগা লাইবক থিবসিংহুবু
মুন্ডাইজবা লাইয়েম্বীরা নহাকপু?

১৩

মত্রগা লমন খুম্বা হৈবীরা নহাকপু?
নহাকী অঙকপা লম্মন মথুমনা
মুংশিবা থংত্রবা শাবী শানৌ কয়াবু
য়াহল্লিবা থম্মোই কাইহন্দুনা!

১৪

মত্রগা থম্মোইদো ব্রজদগী হেম্না কনখ্রবা
নৌহনবা অনৌবা ননীদগী হেম্না
মীওইবগী থম্মোই নৈকোন্দা শাৎপা
নৈরাংলা স্থলকমলদগী হেম্না থোংপা?

১৫

নংগী নগুন অচৌবা
কয়িগা প্রমান তৌপনি
চেনহল্লি মন্দাকিনী থম্মোই মরুদা
নৈডেংহল্লি নৈরাংনা, কংলবা আশাগী পাবীদা।

১৬

অমম্বা অমাবস্যাগী অহিংদা
থোকচল্লি নিংথিবা পুর্নিমা
হেমন্ত কৌবা ঋতুদা
তাহল্লি লুংশিবা কোকিলগী খোঞ্জেল

১৭

নংগী মগুন্না তঙ্খৎতুনা
থাংমৈবন্দগী কেতকীনা
লৈথোক্কগী কেনবদা
থোইনা অৱাবা পোকখিদে।

১৮

ভারতকী মবুঙোহন্নু
পৃথিদা চাংদমনিঙাই লৈত্রবা
স্মৃতি মন্দির শাবদা
শেনগী পাম্মুবা লৈখিদে।

১৯

লুম্মিৎমা তাবা নাইত্রবা
সম্রাজ্যা'মগী মবুঙো
নংনা হেল্লি হায়রুনা
থাদোকখি সিংহাসন হরাওনা।

২০

অরেম্বমি হায়রিবা পুম্নমকসি
থাংঙৈশেংবা মুংশিবদি
পুনসিগী অমম্বা লম্বেল চিংনবা
অরাংবা মৈরানি শেংলবা ।

২১

অমম্বা সংসার সাগরসিদা
পুনসিগী ছিরেম হোলিবা
মীওইবগী ধ্রুবতারানি
চিংনবা লম্বেল ঈশ্বর য়ৌনবা ।

২২

সংসার জিব পুম্নমকপু
অমত্তা ওইবা পুকচেল্লা
পুনশিন্নবা লংলোন নাইনা
লংজানি ঈশ্বরনা পিরম্বা ।

২৩

স্বর্গগী ওইবা য়োৎচাবীনি
চিংশিন্নবা মীওইববু মতোন্দা ;
অশেংবা সনাগী শোজৈনি
স্বর্গগী খোংজাও হাংনবা ।

২৪

ও বিচার থাইবদা
তাংলবিনি উনা উনা
অমাং অশেং নাইবদা
পাংলবিনি তানা তানা ।

২৫

অথেলনি ঈশ্বর য়োমবা
ধ্যান তৌকমনি ম'বু কংনবা
মাবু কংনবা মরম ভাকপা
শগুনি মখোল থোক্কবা ।

---

বাই—ই: বি: সিংহ
১৯৩৬

---

* ইংলোক ১৯:৬ কী জোনস্টান হায় স্কুল মেগাজিন্দা ফোংদোকখিবা ।

# লোনম চাওবী আশা

১

নংগী মরৈ মরা হৈবী লৌ-ম্গী
তাকিদুনা লাংদা ঐহাক্না
থেংনবা অহিং কয়া
দচিল্লবা-লমলাং কয়াদা
থৌওইদ্রদুনা তোংগদবা ইথৌব
য়াথল কয়া ম্যাগী দমক্তা
থলদুনথ্রবা অরেপ্পদা ঐহাকপু।

২

নংগী মিত্রংনা শুম্মাত্তুনা
ধ্যান তৌবতনা ম্যাগী মূর্ত্তিদা
মুঙাইকম ওইহনথ্রবা ঐহাকী ;
ম্যাগী মমিং শোনবতনা
পুন্সিগী লাইশোম ওইহন্দুনা
লেমখ্রবা য়খল য়াম্লবা পুন্সিগী
শরুক কয়া অরেম্বদা।

৩

নংগী লোনমদা তারুদুনা
শারুরবা দলান কয়া তাবনা
মতম্গী ইচেলদা থাংবা শুমদদুনা
নিংথায়রকপা থোক্লবদি থংহৌদনা
করি ওইগদগে রাথল তৌহৌদনা।

৬

নংগী লৌনম্বা মডাম্বা
পুনসিগী অমম্বা লম্বেল চিংনবা
উহন্দুনা অরংবা মৈরাম্বগুম
চোংশিল্লহুনা মৈরাগুম
থম্মইগী লাইয়ুম কইরেদো ।

৭

নংগী লৌনম্ব নডাম্বা
মৈবীরম্নবা নোংথাংগুম অমুক্তং
মাংখিহুনা মকম থহোদনা
মমহক্সবা ঐগী থম্মোইবু হেন্না ।

৮

সংসার সমদ্রসে লানবদা
ইতেং পাংবিগনি খলহন্দুনা
নংগী লৌনমগী হিদা তোংলুবদা
রাথলনা লাম্বা কংদ্রবা
পান্নবা ইরাইদা পুথোকপীবগা
লংথবিররবোই অরুবা লাইজদা ।

১২

নংগী মায়াগী বাশি খোঙ্গেল তাবদা
হেয়োজিনগী অডাংশিংনা তৌথগুমা

ইন্নুহুনা নংগী লৌনবা লম্বেল
তারেদো নিংবা কাইবগী লোকথাদ: ।

১০

লৌনম চাওবী আশা !
নহাক্কা তাইবা জিবসিংবু
করম্বা ওইথোক্কুবা মন্ত্রগী পাঙ্গলনা
নংবু থাদোকপা ওমন্ত্রবা মওংদা
ওক্কাংখ্রবাগনে তোল্লবশিংসিবু ।

১১

ইবুঙো !
লৌনম চাওবী আশানা
লাইম্ম থানবীওম চিকমাংনথ্হুনা
নিংবা কাইবগী মৈনা চাক্লুনা
পুক্লিংমা তপথবা লৈত্রবা মতমদা
চিংশিনবীয়ুকো তোৌগদবা ইথৌদা নবাইবু ।
মতুদা কংজাগে শান্তিগী অমৃত ।

---

বাই— বাক

class —X ১৯৩৭

৫

# কাঞ্চি কোকিল

অচিকপা কাঞ্চি উমংদগী থোরক্লুনা
মিরবা খোঙ্গেলনা মুংশিল্লবা
তুমংনুংগা মপুমময়ুক্কুপ্প মতম থবা
কুনাদস্থ তাক্রমদ্রুনা
পাইখ্রে চেক্লা নহাক্তৌ কদাইদ ?
পাংলবা মৈতৈলিংগী মমক্লা লৈনিংদহ্না
তানিংদহন আলোচনাগী ইশৌ লাংবা
মুংশিরবা চেক্লা পুম্নমক্কা তিম্নকম
চংলববা শান্তিগী তুংনয়মহৌদা !

থম্মোইগী মন্ত্রি মাংখ্রেহ্ননা
নিংবা কাইবতনা লমজিংহ্ননা
অকিকত্ত বাথল পুম্নমক থাদোক্লুনা
চংলবা তুংশি খোঙ্গদ লীবা ?

য়েংথরকউ চেক্লা স্বর্গগী খোংজাও হাংহ্ননা
নংনা থারম্বা মাধবী চাম্না
হৌরিনে মাতৃ মন্দিরগী অকোইবদা
লৈতেংলিবে অনৌবা লৈরাং কম্নবা
মতমগি মতম নত্তে থন্দনা ।

নংনা লেংলম্বা লৈয়াং পরেং
থোল্লিনে মাতৃ সাহিত্য দেবীনা
[illegible] তুরেনা।
মৈতৈশিংগী লাইবক থিবনা
চক্রাগী পুনসি তেনবনা
[illegible] চেক্লাগী মৈতৈলেবাক থাদোক্লনা
[illegible] মৈতৈশিংবু
মুংশিনবা [illegible] অংক হল্লা
মুংশিনবা মচা কাইনবনা
শেংথে অরাবা কিজেং সাহিত্য দেবীনা।
মখিবন্থু মাংগদবা হৈকচাংনা
মাংবা মাইরবা অ আদি চেক্লাসিগী
লেপত্রিনে পুনসি আশা।
থাবলম। মুমহংলবা থেংলবা অহিংদা
ফুনখ্রুনা ভাইবং জিব পুম্বনা
[illegible] সংস্কারসিংবু শান্তিগ মকম'মা
ইচেম পিরবা ভুরেম্না শক্লকপা ইশৈগা
চিংলংলগী থোংলকপা তাম্নাগী থোঙ্গেন্দা
ক্লোক্লেং, হাক্লোশিংগী নাওত্তম ইশৈদা
ইংলবা য়াল্লয়ানা উনাগা শক্লকপা ইশৈগা লোইননা
শক্লিনে মতম চুপ্পা আপ্তাসু চেক্লাগী।

১৯:৮ ইং।

৬

# লাইবক থৗবি চেক্লা

মৈতৈ লৈকোনগী অপিকপা
কুঞ্জ'মদা অচিকপা
তোংমিন্নরম্মই চেক্লা'নিথক
রাশক্লহুনা শিমিন্নসি
তেমশ্রিংনহ্না মাংমিন্নসি
চাক্তামিন্নরমই উমুং অমত্তদা
থকমিন্নরমই শাইজ লোক'মতদা।
থম্মোই অনিদো চেক্লা অনিসিগী
কিশিন্নরমই মুংশি থৌরিনা
হিনাও শাবা য়াওদ্রবা হিরেম্না
তৌবগুম্না সমক্রু মরাইদা
উনদবদা অমগা অমগা
ডাওনরমই মুংশি মৈচাক্লা
রাম্রমই মিকূপ অমগী উনদবা
কাইনবগুম যুগ অমা॥
লৈরাং মুমিংলৈ কৌবীনা
শাংচবগুম মুমিং থোকপা মাইকৈদা
শিঙেল থারিকথা কৌহিনা

ভানজবগুম থাজনা ভানবা মতমদা
মুংশিবী চেক্লাসি পাম্মুবগী
শিঙেল মুমিংলৈনি মুংথিন্দা
লৈরাং থারিকথানি অহিংদা ।

মুংশিবা চেক্লাসিমু পাম্মুবীগী
কোরৌহনবনি মুংথিন্দা
পূর্নিমা থাজনি অহিংদা ।

মুত্তাইবা পুজিসে চেক্লা'নিসিগী
নংজমজে মতম কুইনগীদমক্তা
অরাবগী য়ুথল অমনা
থাইদোক্লমই চেক্লা'নিসিবু ।

নোংমগী কোরৌ মুমিত্তা
মুংশিবী চেক্লাবু পাম্মুবগী
কাহ্নুা মালিনা কুঞ্জসিগী
য়োল্লমই মৈতৈ সনা লৈবাক্কী
মৈদিঙু সনা কৈথেল্দা,
নিংথৌগী তয়ুম অচানবা
অঙস্বা লাল্লোই ফম্মাইবা
দোলাইগী লেংজাও থক্তুদা
কুমলকই ময়ুম নাক্তুদা ;

বারুনী সিংহপী

৪৩

লাইবক থীবী চেক্লা

উপদা চেক্লা অসিবু
কুমথরে দোলাই থক্তপী
পুখোকলে শিকি অনা
মত্তিকৃলে চেক্লা মাবু ।
পিহ্না মতিকচাবা মমল
হাপথরে লোলাই কাজিন্দা ।
অঙথা খাঙোলথক্তুদা
কল্লাইথা মশংগাইত্নুদা
জেজোদো লাইবক থিরবী
পুনশিল্লে বিক্তুর মথোংদা
তোংহল্লে চেক্লা কাইদোংফম
রাপী অক্লা থক্তুদা ।
তথীরে হরিপী কোলোই
লৈহৌরে অঙথা শঙ্গাইনুংদা ।

থক্লিনা মৈচাক থাংবদা
লুপ্তংথা অল্লাবা সমক্রমদা
লাইবক থিথা চেক্লানা
মুংশি খোঙ্গুল লীরক্লই ।
অঙথা কপ্লাইত্নুথা
মুংশিকীদু উবথা
মঙ্গিক্তা ইবা হৌহ্লা

চিংঙাই মপাও মেল্লকই ;—
"কাউরবগনে ইতাৱোই
নপাম্ন লমদম মুংশিবী?

থক্নুনা লোকী লাইজ অববা
চান্থনা বনগী উহৈ অহাওবা
তোংথনা শান্তিগী মশক ওইরবা
অইংবা উশা থক্নুদা
তাম্মা মানবী নপাংখোল
হান্নি মানবী নখোঙ্জেল
হৱিনী কোন্নোই শকপদো
কাউরবরনে পাম্মুবী ?

হাংহৌরনে থম্মোই কুঞ্জ
মাংহৌরেনে পাম্মু লৈকোল
হুন্দরেনে অনৌবা য়েন্নিং,
হৈরাং শরাং অপুম্বা
লাক্ত্রে বসন্ত থম্মোই লৈকোন্দা
থাইনবা উলনা য়ৈবদা
কংথরেনে পোমলিঙৈদা
পুনসিগী শাশা লৈরাংদো।

৪৮

## লাইবক থাবা চেক্লা

রাথলগী ইচেল ইহোরে
খাইনবা মুংশিংনা য়ৈবদা
অরাবা ইথক হৌহুনা
তিন্নখ্রে অমম্বা সমত্রুদা;
অইংবা শারদ পুর্নিমা
শান্তিগী তুংনফম ওইরবা
মাংগী রা থল্লবদা
ওইরেনে খোইশাওনবা
কংজবা লকা মুংসিদা।'

---

—বারু
১৯৩৮ ইং।

## ৱা থৱদং

৺বাক্ষনী এগাংবমগী ৱারেং শৈরেংশিং অসি খৃঃ ১৯৩৫ ইং অমস্মুং ১৯৩৮ ইং মথাগী চহি '৬ তগী ১৯শুবা ফাওবগী মমুংদা ইরৎখনি। ৱারেং অমস্মুং শৈরেংশিং অসিদা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জ ওগী চৈথেং ফংদ্রিদৈ মণিপুরগী চমলবা সমাজগী চংনবীগী মমি তাবা উবিগনি। অহানবগী ৱারেং অহুম্মক মতম অদুদা য়াওশং থাবল চোংবদা শররম্বা শৈরেক শৈদানি। পৃথিবীগী অনিশুবা লঞ্জাওগী মমাং থোইদোক্লা—মণিপুরদা খৃঃ ১৯৪২ মে তাং ১০দা জাপানীশিংনা মণিপুরদা লান্দারক্লুনা ইহান্ হান্না ইম্ফাল্দা বোম থাদবা মুমিং অসিগী মমাংঙদদি থাইনা মমাংঙৈদগী চংনরকপা চালন্ চলন্ চংনবী পূম্বা অমত্তা কায়দনা ঙাক্লরম্মী।

য়াওশংগী কুম্মৈ মুমিং মঙানিদগী খক হেল্লম্মদে। থেঙলবদা য়াওশং মতুং মঙানি চংবা হৎঙ্গার মুমিং ফাংওবা থাবল চোংনরম্মী; মতুং খক চোম্মদে।

মমাংঙৈদগী চংনরকপা মতুং ইন্না মতম্ অতুদা থাবল্ চোংবসি ঈশৈ শক্লা শক্লা চোংনরম্মী। মখোল্ করবা, মখোল্ মুশিরবা মুপা অমনা ময়াম্বা শৈদুনা ঈশৈ হল্লি—অতুগা চোংবদা য়াওরিবা মুপা মুপী পাখঙ্ লৈশবী অঙাং, মুপানচা মুপীনচা য়াওনা পুন্না থুম্নরম্মী অমদুং খুম্না খুম্না থাবল্ চোংনরম্মী। ঈশৈ হন্বনা ঈশৈ শৈশক্ হোংনা হোংনা অতম্বা, অথুবা, মওংদা চোংহল্লি, খোংথাং

হাপ্তূনা—তাল্ অথুবদা চোংহল্লি—খোঙগী খোঙহায়, ফজবা চাং-লেম্বা জগোইগী মওং কয়া কয়া হোংনা হোংনা চোংহল্লি—চোংনা চোংনা ঈশৈ হল্লি-খুম্মী ; মতৌ অমা ওইনা য়েংবদা পুক্লীং হুানঙাইনি। থাবল্ ফরবা অহিংদা থাপ্লবা—তাম্লবা মফমদগী অমত্তা ওইনা পুন্না খুম্বা শাবী শানৌশিংগী ঈশৈগী খোঞ্জেল তাবদি নহা ওইবা কয়াগী পুক্লীং মুঙোল্লি-কয়া থাপ্লমগবা—কদোমদা ওইরমগবা—তত্তনা হংনৈ।

অয়াম্বা মফম্ মতম্দা থাবল চোংবসি নহা ওইরবশিং পাখঙ্, লৈশাবী মৈনহানা মরু ওইনা য়াওরবম্নু মরক্ মরক্তা হয়াও তয়াম পাম্বা অহল লমন্ খরা ঙাইহাক্ য়াওবম্নু চৎনদবা নত্তে। মতম অত্তুদা অয়াম্বা ঈংখোল চাওনা লৈনবনা লৈকাই লৈকাইগী মনুংদা খর হেন্না চাওবা শুমাং শৈবা মফম্দা তুলসিপুংগী অকোয়-বদা খুৎশয়হনা চোংনরম্মী। থাবল্ চোংফম্ অত্তুদা মাঙ্গোলদা, সঙ্গোইদা—লৈকায়গী অহল-লমন মুপীমচা লৈশাবীশিংগী মপা মমা লোইনা থোক্লুনা ফমহনা হিদাকফুদা হিদাক্ থক্লুনা য়েংই—ফজবনু থাগৎনৈ। ফজনা চোংবা পরেং অত্তু পুক্লীং থৌগৎলি "ফজে ফজে" হায়বী—ফজবা শৈশক্, ফজবা খোঙথাং চোলোন্ হাপ্লক্পদা ভাবক্তগী অহল লমন্না ঈশৈ হনবদা কা লাল্লম্মী, শেন থারম্মী, করিগুম্বদা কি ফাওবা থানরম্মী।

থাবল্ চোংবা মফম্ খুদিংদা থাবল চোংবগী জগোই লম্ভা লাইরেন মথেক্তা চোংবা হেক হেক য়াওই। মসিবু লাইরেন মথেক

পুৰা হায়না থঙ্নৈ। য়াম্না ফজবা মওংগী ভগোইনি। লাইরেন্ মথেক পুরিঙদা খুৎশন্নবা তৎহৈদে হায়দুনা য়াওরিপুম্বা খুৎ থাদোক্লদে। মকোক ওইবা অদুনা ফমজিংদুনা লাইরেম্না চৎপগী মওংদা লাইনিংথৌ পাখঙবগী ময়েক্ তুথুপ মতুং ইন্না চৎলি চোংই। করিগুম্বা মতমদস্থু মকোক চিংবা অনি থোক্কনা পুন্না নত্রগা তোখাই তোখাই পুনন্নগা মমৈদা অমুক্ পুন্শিলক্কনা লৈপরেং লেংবগুম অমুক তুলশিপুংগী অকোয়বদা কোয়দুনা শমজিন্নরগা হান্নগুম্না অদুম্ থাবল্ চোংই—ম'সি মৈতৈ সমাজগী কৃস্টি অমদি সভ্যতাগী ফজরবা শক্তম অমনি। লাইরেন মথেক পুরিবা লুচিংবা পাখঙ নত্রগা লৈশাবী ভগোইগী শাথেক্তা লোয়ননা ঈশৈগী তান্থা কান্নদনা ঈশৈ খুম্ন খুম্ন চোংবদা ফজবা নিংথিবা কয়া য়াওরবদি ভাবোক লক্তগী পান লানবা শেন থাবস্থু তৌদবা নত্তে—। য়ামত্র-বদা "ফজৈ ফজৈ" হায়না ভাবক্লা থাগৎনৈ। ঈশৈ খুম্বা থর মশিং হস্তরকপদা "ঈশৈ খুম্মু—বারি শাদুনা লৈগন্নু" হায়না অহল ফমন্ ভাবক্লা হেক্ হেক্ হায়রকই ঈশৈ খুম্বা লৎপা মফমদুদা।

থাবল চোংফম্দা অহল লমন্ মপা মমানা ইকোয় কোয়না ফমদুনা য়েংদুনা লৈবা— ফজবা মতমদা থাগৎপা লমহেন্‌বৰু ব্রারক্পা অদুনা থাবল চোংবা য়াওরিবা মচা মগুমা লমহেন্‌বা কা তেমবা শাজং অমত্তা চৎনদে। অহল্ লমন্‌গী বা য়াম্না ইকাই থুম্নে—থক্সি খাসি ভাক্না চৎনৈ। করিগুম্বা ফওবা য়ৈন-শুনবা ঙংজা থোক্কে। থৌনাজবা শাবা কনাস্থু অহল লমনগী য়াথং

হিক্কোক্তে। মীপুম খুদিংমক নহা অহল থাক্কনা উনৌ য়েন্নৌ থাম্মী মজববা থাবল ফববা অহিং অত্তুগী ফজবত্তু থাগৎনত্তুনা চম্না মুভাইবা ফোংদোক্লরম্মী। শম্না হাম্নববদা মহৌশাগী মচা মীওই-বনা মহৌশাগী মতম্বাক্তা মুভাইজবা শান্নজৎ অত্তু ফংনরম্মী।

মর্থক্তসু পনজখ্রে - য়াওশগী কু'ম— থাবল্ চোংবা মুম্নিং মঙানিদগী থক চোম্নুনা চোংবা চংনদে। অত্তুনা য়াওশং মতুং মঙানি চনবা মুমিত্তা থাবল চো'ংবা লোইরবতুংদা মীকোন থা-গোল্লি। মীকোন থাগে'নবদা থাবল্ চোংবা য়াওবীবা মী পুম্বা য়াওদবা য়াদে পম্নমক তুল'সপুংগী অকোয়বদা ফমত্তুনা ঈশৈ-হনবা ওঝানা মীকোন্ থাগোনবগী ঈশৈ হল্লি - মম্নাম্না খুম্মী— " হে থরাই মচামক্ মিগা থানা তককমক্ " হায়না থরাই মঙা মিগা থানা তকক্ অ'স চীংনুংহুং লমদমদগী কৌখৎলগা থাবল চোংকম ইমুংগী থোঙান্দগী কৌশিন্দুনা থাবল চোংবদা য়াওবিবা পুম্বগী হকচাং কয়া'নুং—থম্মোয় মন্দিব য়াইদ' কৌশিন্দুনা লেংদনা-লৈবিরো—হায়না থেমজিল্লি। মিকোন্ থাগোনবনা— নহা-মথে মুমিং মঙানি চুপ্পা পাঙলুবা থরাই—হকচাং পো'খ'রো তঙ্ তানা-লৈরো—লাওবা হবাও তয়াম লোইশিন্দুন ভোগ্দবা মথৌ তৌরো হ'য়না শৈরেং ওইনা-শকুনা শ'বী শানৌ পুম্বা মপুক ঈংথহল্লি অমসুং থাবল চোংবা কুম্মসু লোইশিল্লি। অসুম্না মিকোন থা-গোনবদা থাবল চো'বা য়াওবা মীপুম খুদিংনা পুন্না লাইশোল শোন্দুনা ঈশ্বরবু নীংশিংত্তুনা হরাও তয়াম্ লোইশিল্লি। মিকোন

থাগোনখ্রবা ভুংদগী থাবল অমুক চোংবা য়াদ্রে মথংগী য়াওশং লাক্লিবা যাওবা ।

মতম অত্থুদা মুনিপুরগী মীশিং পুকচেল শেংনা চন্না লৈনবনা হৌজিকী মতৌগুম্না য়াম্না চেকশিন্না থাংমৈ ভাম্না থান্দুনা লৈকোক লৈকায়গী ভোলুন্টিয়ার য়াওনা ভাক্তুনা থাবল চোংবগী পথাপ লৈরমদে । য়ৈনগুনবা, নিঙাই শাংদানবা অমত্তা থোক্লমদে। কনা কনাগুম্বগী মরক্তা মুঙাইনদবা নিঙাই শাংদানবা থোক্লবদি চৎথরিবা থাবল চোংবগী কুম্মৈদা করিমত্তা কায়হন্দনা- খৎনরিবা মথোয় অনিহু অথাপ্পা অচিকপা মফমদা চায়নৈ য়ৈনৈ— নত্রগা মুক্লা শান্নৈ । খৎনরিবা কাঙবু অনিহু শৌগৎনবা কাঙবুনা ভাবক্ ওইনা য়েংই— মতম অত্থুদা চায়নফম, খৎনফম, য়ৈনফম, চাং য়েংনফম চিঙা লম্পাক, খুমন লম্পাক, কবো লম্পাক নত্রগা মহা- বলী উমংগুম্বদা তৌনরম্মী ইফ্‌লগীদি।

মতম অত্থুদা বিজুলী শক্তি মরাং কায়রমদবনা অমদি মী- শিংনা য়াম্না চন্না লৈনরম্বনা থাংমৈ য়াম্না থানবী হৌজিক চৎনরিবা অসি পঙলৈ লৈরমদে । থাবল থোক্লবহদা থাবল চোংনরম্মী, অতোপ্পা অমনা, থাবল চোংবদা কোনসার্ট ( বাগু ম্যাজিক ) য়াও- বসি-পঙলৈ লৈরমদে। কোন্নুংগুম্বা মহারাজগী সনা সঙ্গাইদা চোংবদা মরক্তা অত্থক কোনসার্ট (বাগু ম্যাজিক) য়াওরম্মী। অত্থুম্থ ঈশৈ হনবনা ভাইহ'ক পোথানবনি। লান্ মতুংদা হৌজিক তৌবগুম্না হৌবদগী লোইবা ফওবা লেপ্তুনা কোনসার্ট থিন্‌বা অসি নত্তে।

মতম অত্তুগী মরু ওইবা ঈশৈশহনবা পোথাহল্লবা যত্রদি বাঁশি নত্রগা তৌদ্রি অমদি চোলোক খোংল-য়্বেরগা ঙাইহাক ঙাইহাক চোংবৈ। য়্বারগম্তু ঙাইহাক পোথানৈ। অস্তুম্বা ফজরবা সভ্যতা কৃস্টি অসি অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী চৈথেং ফংলবা তুংদদি মওং য়াম্না হোংখ্রে। হায়্নগী চৎনবী ঈশৈ হল্লগা ময়াম্না খুম্বা, লাইরেন্ মথেক পুবা—মীকোন্ থাগোনবা লোইনা তোকখ্রে। লৈকাইগী অচৌবা শুমাং অমদা অহল লম্না মাঙ্গোন্দা সঙ্গোইদা ফমহ্নুনা য়েংলগা থাবল চোংবা তোকখ্রে—বাশি অমত্তুংগা চোলোক অমত্তুংগা লোই-ননা থাবল ফরবা অহিংদা থাবলগী ফজবা য়েংনা চোংবা তোকখ্রে-লৈহৌরিবা হংহুংবু বেনস্ট (বগু পটি) না খোংবা য়্বেবা মতুং ইন্না স্টাইল অমত্তুদা—তন্ অমত্তুদা চোংবগী মওংমক লৈহৌরি। হৌজিক্কি লৈকায়গী অচৌবা লমহাং লম্পাক্তা থাংমৈ ঙাম্না থাল্লগা চোংনরে। য়্বেনশুনবা য়ু ঙাওবনা কা হেন্না থক্লগা য়্বেনবত্থ ঙাক্লবা লৈকাইগী ভোলুনটিয়ারনা ঙাক্কুনা চোংবা চৎনরে। অবক্লবা মতম লৈত্রে—য়াওশং মতুং য়াম্না শাংনা চীংগোই বাকনী লুমিৎ মতুং ফাওবা চোংনরে। শম্না হায়রবদা নহারোলশিংনা মপুং ফানা শীল্লে। লৈকায়গী ভোলুন্টিয়ারগা—লাক্লিবা মীগা থৎনবা—য়্বেনবা—মখুৎ ককর্থৎপা থাংনা থিল্লবা অসিনচিংবা থৌদোক কয়া তোয়না থোক্কবা নত্তে। অসিগুম্বা থৌদোক কয়া থোকলকপদগী মতম অমদা থাবল চোংবা তোক্লশি হায়বা-কাংবু অমনা থিংবা হৌনখি—অমম্তুং থাবল চোংবা, য়াওশংগী লাওবা থর মথৈ থৈদোক্লবা মফম মফমদা য়াওশংগী স্পোর্টি তৌনরকই।

মসিমদি অফবা অমনি অহুবু থাবল চোংবগী চৎনবীদি মুৎথংপা পাম্নদবনা হোংলবা মওং অসিদা চৎনরি।

অরাবদি ২শুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাওগী মমাঙদা লৈরম্বা থাবল চোংবগী ফজবা শক্তম—ফজবা সভ্যতা অমা মাঙথরকপা অসিনি।

ঐখোয়না থাজে··· মতম খরগী তুংদা থিজিন খোংচিনবগী থবক হেনগংলক্লগা হান্নগী ফজরবা শক্তম অহু শেমদোক্লবা মওংদা অমুক চৎনরকথিগনি খল্লি।

মথক্কী শৈরেংশিং অসি ঐহাক্কা মহাক্কী অমন্বা বই খর ফাক্লুবদা - শেংনবা অহুগা—ঐবু ইথোকহনখিবা অকোনবগী শৈরেং অনিগা অহুখক্তনি। অতৈ করি ইরম্বগে হায়বহৃদি খঙদ্রে—মশানা ইরম্বা কবিতাগী খুংই অহু হৌজিক মফম খঙথিদ্রে—অনিশুবা ল'ঙ্গাওগী তুংদা।

রারেংশিংগী মশাগী খুংইদি হৌজিকসু লৈরি।

মহুগী স্পেসিমেন অমা হাপচরি। থাবল চোংবা শোইরগা মীঃকোন্ থাগোনব্দা শকৃপা ঈশৈস্থু মখাদা হাপচরী। শৈরেং-শিং অসি চহি কুন শুদ্রিবা নহা অমনা ইরম্বনা রোমানটিক ওইবা য়াই—অহুবু মীওইবগী অহোংবা পূন্সী অসিগী মতেক খরগী মপি তাদবা নত্তে। মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা মহাক্লা ঙমজবা খুজিক্তং হোৎনজরম্মী—উচ্চনিংছনা অকংবা খরা খোম্নজিন্দুনা ফোংজবনি

# মীকোন থাগোনবা

শ্রীনিঙোম্বম ওঝা ইরোম্নীনা শকখিবা।

হে থবাই মঙামক
মিগা থানা তরুকমক
থবাই নঙবু কায়সে
মিয়েন হামক্ষনকয়োই
অস্সুম্বু হায়না গুরুনা
লময়েন্ চীংন্নুংহুৎ লমদমদৈ
রাকৈয় হিদা হাপ্পুনা
নৌরেল খুত্তা পায়রগা
খুমু নৌথং তোয়হুনা
হিরি তোংদম কায়বু
থবাই তম্মা কারকলে।
চীংন্নুংহুৎ তুংওইনরম্মী
শুগ্য মাঙওইনরকলে
রাংব্রেন খানা চাওবগী
ডাংলৌ মথুয়া খাদবু
চাংজৌ চেংনা থুরুমজৈ;
চুঙো তাংকক্ কংলম্মী
লৈরোং ল্যাইদা কংলম্মী

সনা কোনয়াই হল্লম্মী
লুপা ভাঙ্গা থারম্মা
নাচুক্ খোংকৈ খিল্লম্মী
য়েন্না হুই চল্লম্মী
খোংবৈ খোংদোন থিংগুম্মী।
থবাই ভম্না কারকলে।
খরনা চংলে হায়রগা
ভাংজেং মাংওইনরকলে
ভাংজেং নিংথৌ মশাইকোন্
চামলৌ মখোং থাদবু
চাংজৌ চেংনা খুরুমজৈ
চুভৌ ভাংকক্ কংলম্মী
লৈরোং লাইদা কংলম্মী
নাচুক্ খোংবৈ খিল্লম্মী -
সনা কোনয়াই হল্লম্মী
লুপা ভাঙ্গা থারম্মী
য়েন্না হুই চল্লম্মী
খোংবৈ খোংদোন্ থিংগুম্মী।
থবাই ভম্না কারকলে।
হে থবাই মভামক্
মিগা থানা ভরুকমক্

মিরেন্ হায়চংনকরোই।
থরনা চংলে হায়রগা
লমলেন রাংও্ মৌরকলে
রাংও্ কোনবা লাইনিংথৌ
মকোক্ নোঙ্ম থুরুম্বী।
থবাই তম্বা কারকুলে।
লমলেন্ ইথাই মৌরকলে।
ইথাই কাইরেম্বা মখোংখা
পুরুম থৌনিজরগা
চুঙৌ তাংকক্ কৎলেদো
শিঙেল লৈরাং কৎচরে
সনা কোসম্বাই হলম্বী
লুপা তাঙ্গা থারম্বী
নাচুক্ খোংথৈ খিলম্বী
য়েঙ্গা হই চলম্বী
খোংথৈ খোংদোন খিৎলম্বী।
অসুম্বা থবাই তম্বা কারকলে।
থরনা চংলে হায়রগা
লমলেন্ নোংমাইখোং লাক্লগা
অরোং মাতংওইদ্রকলে।
অরোং মিংথৌ মখাদা
পুরুম্ থৌনিজরগা;

চুঙৌ ভাংকরু কৎচরে
শিঙেল নৈরাং থেন্‌জরে
নাচুক খোংবৈ খিল্লম্মী
য়েন্না হুই চল্লম্মী
খোংমৈ খোংদোন খিংঙম্মী ॥

ধরাই তন্না কারকই।
লফুপাং তেরাবুদি
তুবৎ নাতৈ শমহুনা
কোমলা খোংবু য়ৌরকলে;
হে ধরাই মঙামক্‌
মিগা থানা তরুকমক্‌
মির্মেল হামচৎনর্করোই।

অস্নম ভৌনা লাকপনা
লমলেন্‌ শেকমাইজিন মংঙইনরকই
ভুংওই নাতৈ থনম্মী
হৈয়েন হুংগুন য়ৌরকই;
নাচুক্কী খোংবৈ খিলম্মী
য়েন্না হুই চল্লম্মী
খোংমৈ খোংদোন খিংঙম্মী।
অস্নমা অস্নম লাকপনা
লমলেন ভাচিবা য়ৌরকই;

উচিন্না কোন্‌বা লাইনিংথৌ
ইকোপ্‌ নিংথৌ লাইনিংথৌ
লাইনিংথৌ মাগী মথোংথা
পুরুম্‌ থৌনিজরগা
চুংঙৌ তাংকক্‌ কংলেদো
শিংঙেল লৈরাং কংচরে;
নাচুক্‌ খোংবৈ খিল্লম্মী
য়েম্না হুইবু চল্লম্মী
খোংমৈ খো দোন থিংঙম্মী।
অস্নুম্না অস্নুম লাকপনা
লমলেন্‌ ময়াংইম্ফাল লাল্লগা
চবুং কম্পানি তারকলে;
'হুস্নু তুংওইনরম্মী
মুতুম ফিবৌ য়ৌরেদো—
হে থবাই মঙাম্মক্‌
মিগা থানা তরুকমক্‌
হিরি তোংদম ফামবু
থবাই অস্নুম্‌ লাকপনা
চোংথাম কোনা তারকলে
ইরম সিফাই য়ৌরেদো।
তুবং নাতৈ লাকপনা

রাঙ্গোই শামুরৌ য়ৌরকলে।
শামুরৌ লাকপা মকাদা
পুরুম্ থৌনিজরগা
পন্দনবু লাকপনা
লিলোং চজিং য়ৌরকলে
চজিং লাকপা মকাদা
পুরুম থৌনিজরগা
লিলোং মাংওইনহুনা
পন্দনবু লাকপনা
লমলেন অয়াপতি য়ৌরকলে
ফুনাল তেলহৈবা মেথোংখা
মকোক্ নোম্না থুরুমজৈ ;
পুরুম্ থৌনিজরগা
চুঙৌ তাংকক্ কংলেদো
শিঙেল্ লৈমাং কংচরে ;
সনা কোনয়াই হুল্লম্মী
লুপা তাঙ্গা থারম্মী
নাচুক্ থোংবৈ খিল্লম্মী
য়েম্না হুই চল্লম্মী
থোংমৈ থোংদোন্ থিংঙম্মী।
উরুপ তুংওইনহুনা
তাকনথা মাংওইনরগা
অরাংথোং মথাথোং অনিদা

নাচুক খোংবৈ খিল্লম্বী
লমলেন কিয়ামগৈ য়ৌবদা
মপা ইবুংঙো মচা ইবুংঙো
চীংঙ্ লাইনিংথৌ অনিদা
থম্বাইনা পুরুম খাজংলে
চুঙৌ তাংকক্ কৎচরে
শিঙেল লৈরাং কৎচরে
সনা কোনয়াই হুল্লম্মী
লুপা ভাঙ্গা থারম্মী
নাচুক্ খোংবৈ খিল্লম্মী
য়েন্না হুই চল্লম্মী
খোংমৈ খোংদোন্ খিংঙম্মী ।

তুবৎ নাতৈ লাকপনা
বাইখোং খোংনাং তারগা
কোইরৌ লমশাং ইন্দাম্লে ;
"তুম্ন তুংওইনরক্ই
নিংতোম খেংজাও তারক্লে
থবাই তম্না লাকলেদো ;
অসুম্নবু লাক্পনা
ওইনাম থিংঙেল্ য়ৌরকই
ইরৈন্মগী ( ওইনাম ন্দাইরেম্মা ) মকাদা

থম্বাইনা পুরুন্ খাঙ্গংদে
চুডৌ তাংকক্ কৎচরে
শিঙেল্ লৈরাং কৎচরে—
সনা কোনম্বাই হুল্লম্মী
লুপা তাঙ্গা থারম্মী
নাচুক্ খোংবৈ খিন্‌লম্মী
যেম্না হুই চল্লম্মী।

থম্বনা চৎলে হায়রগা
চৈশাংথেম্ শম্বাংথেম্ লাইরেম্মা
অনি খুরুমজরগা
শিংজমৈবু তারকলৈ।

খাইদেম্ তেম্বা মখোংশা
চাংজৌ চেৎনা খুরুম্ জৈ
লৈরোং লাইদা কৎলম্মী
চুডৌ তাংকক্ কৎলম্মী
সনা কোনয়াই হুল্লম্মী
লুপা তাঙ্গা থারম্মী
নাচুক্ খোংবৈ খিল্লম্মী
য়েম্না হুই চল্লম্মী
খোংমৈ খোংদোন্ খিংঙম্মী
মতুং খোংবাইরকপনা

য়ুম্নাম লৈকাই লাইরেম্মা
ইমা মাগী মখোংথা
য়াদি তম্না থুরুমহৈজে।

লোক্লাওবুংবু ঞৌরক্‌ই
ইমা লোক্লাও লাইরেম্মা
পলেম মখোং থাদবু
চাংজৌ চেৎনা থুরুমহৈজে
চুঙৌ তাংকক্‌ কৎচরে
শিঙেল্‌ লৈরাং কৎচরে
সনা য়েকানাই হুঞ্জরে
লুপা তাঙ্গা থাজরে।

মতুং তাথরক্‌পদা
পম্থোগী হিদেন্‌ তাকমদা
বাকয়ৈ হিবু থাংজিল্লে
খুণ্ডগী নৌরেল ওরুনা
বাকয়ৈ হিদা থমলপা
থবাইগী খুজেং হাংজিলাক্‌
য়াদি তম্না পুরক্‌লে।

লিক্লাং মরী তংফরোই
মিরেল্‌ হামচঙনফরোই,
হে থবাই মঙামক

মিগা থানা তরুকমক
পম্থৌগী থোঙ্গাল লানশিল্লে।
শুরুনা চিংনা য়েংলগা
অসুম্নবু হায়রকৃই —
হে থবাই মঙা-ক্
মিগা থানা তরুকমক্
পম্থৌগী শুমাং মথোবুং
বৃনা রানী মথোংদা
থবাই নংবু কোনগেকো।
থবাই ঐনা য়ানিংদে
মিরেল্ ঐনা থোইদাদে
বৃনা রানী মথোংদি
বৃনা দেবী লৈবনা
ওমদাইজবা ওমজরোই।
লমলেন্ ইচুম তাকমদা
থবাই নংবু কোল্লগে
য়ানিংবরা হায়য়ুনে ?
থবাই ঐনা য়ানিংদে
মিরেল্ ঐনা থোইদাদে
লমলেন্ ইচুম তাকমদি
তাইবং থোংনেংনকমুনি

থবাই ঐনা কীজেনে ।
মাঙোল ময়াইদা কোলংগে—
থবাই নংবু য়াবরা ?
থবাই ঐনা য়ানিংদে
মিরেল্ ঐনা খোইদাদে
লমলেন্ মাঙোল ময়াইদি
য়াংগেন্ শুমজিৎ তুংজোবী
লমকেৎ লমহাইবী মহ'কী
কেৎ কেৎ হায়রিবা মকমনি
তুকচৈচনে য়ামিংদে ;
থবাই ঐনা য়ানিংদে
মিরেল ঐনা খোইদাদে ।

খোংজিন্ মপান্দা কোল্লগে
থবাই কবম তৌবগে ?
খোংজিন্ মপান্গী লমদম্দি
খোংঙারেলগী লৈকমনি
মাই কিজৈ লৈনিংদে ।

নিংঙোল কাদা কোনগেদো
'হুস্থ মাই য়ানিংদে
নিংঙোল কাগী লমদমদি
য়াংদৌ চমুরা থিবিকী

মাকাকমদি মফমনি
ঈাংশী ইনিল ভানিংদে ।
কমেন্দদি কোললগে
অহল লমন ভিমফমনি
মশোং চাওবা মফমনি
মিরেল ঐনা লৈনিংদে
থবাই ঐনা খোইদাদে ।
ইমা লৈমরেল্ মশাইকোন
লৈরোদনা অহুদে—
অহুমা হেমা কিজেনে
ইমা লৈমরেল্ মহাক্তি
মাংশোক্ কাজাও মাবিনি
ইভিক মত্তে ওমদাংইবা ॥
লাইনিংথৌ সনা মহিগী
মশাইকোন্দা কোম্নগে
থবাই কবি হায়বগে ?
শঙ্খোং নিংথৌ অপান্‌বা
লুপা ভানোই খুদাবা
সনা ভানোই খুদাবা
লাইনিংথৌ মাগা ঐহাকা
কমমা ওমদাইজগবা ?

মাই কিথৈ গুমজমোই ।
মতুং তাবা গুরুনা
থৱাই নংনা মৱানিংত্রবা
তাইবং থম্মোই লকানুং
ফিয়াং নাতৈ মাপলগুবা
খোইদোগী খা থংবদা
খুদোল মরি চংলগা ;
পুখ্রি জাগর অনিবু লৈবনি
অমনা সনাগী থবাল শংলিদো
অমনা লুপাগী থবাল শাংলিমে
লাইজ অনিসিগী মরাদা
থৱাই নংবু কোল্লগে
মিরেলনা করি হায়রগে ;
থৱাই ঐনা য়ানিংলে
মিরেন্ ঐনা খোইদারে ।

থৱাইনা হামকোইমকমোই
শিল্লাং মরি তংতনা
শিংতেস্. মরাক চামদনা
চায়োল্ গুমোল তাথা
থৱাই নংবু কৌরিবনি— ।

কু—কু—কু হো কোলবম্মে ।

অহুগী মতুং তাবদা
ইমা লৈমরেল, শিদবী
সনা শোজৈ য়েৎনা পাই
লুপা শোজৈ ওঈনা পাই
শোরোল মাপল থোক্লা লোন্
কোল্লেদো—
হে থবাই মঙামক্
মিগা থানা তরুকমক্
থবাই হামচৎনকরোই
মিবেল হামচৎনকরোই।

---

লোইরবা

রেংগদবা :— ১) থম্নাইবু চীংমুংহুত্তগী লৌরুরগা মীকোন্ থাগোনকয়ুগী ইমুংগী য়ুমহুদা পুরকপদা—থৌবাল, ইম্নিল, নমুল-নচিংবা তোর্ব্বান্দা তাবা লমশিংহু তুরেল খোংলথদা চংলগা মপান্দা লৈম্না লাইশিং থারগা শকনৈ।

২) লম চিংথবা পুথা লোইমা থাবা ম্নাই।

৩) থাবল চোংবগী ইশৈদা Syllable তরেংনা শাবা শৈরেংগী পরেং অমুগী অকোনবা Syllable অমু হেক হেক ম্নাংথংনা শকই— অমুগা খোংজাম পর্ব্বগী শৈশক্না অকোনবগী Syllable অমু নেমথমা শক্ই।

# শম্লপ্পা পুন্সিগী ৱারী

৺বারুনী কুমার এলাংবম শাগৈনি চীংজেম নারল পাঙনবগী থারানী। লৈরেন সিংহগী মচানি—অংপোকপীগী মিংনা ইবেম্হলনি। রাইস্কুল পানাগী মোইরাংখোম লোক্লাও লাইরেম্বীমা কোনবা লম্দা মহাকী পোক্লকমনি। খৃঃ ১৯.৯ ইং মার্চ্চ তাং২৯ থাঙজ হুমিত্তা পোকখি। বারুনী হুমিত্তা পোকই হায়রহনা মাবু কো-লোইনখি বারুনী। পলেম পম্বোগী মচা তরা—হুপা মঙা—হুপী মঙা—পোকপগী খুাইদগী অহলনি—কোকহল লাইহলনি।

হচিন্ মনাওশিংগী তাচৌনি, পলেম-পম্বোগী থরাইনি, অযোক চোনুগী—নিংথেমনি, মমান্নবশিংগী বারুনি। মাগা ঐথোয়গা মতম শাংনা লৈমিন্নখিদে। ঐথোয়না খর পীকমনখিবনা মাগী ৱারী মরীক চুম্না খঙদে। ঐথোয়না অঙাং ওইরিঙৈ, অংবোক চোনুনা লীবা ৱারী, ইমাগী মমান্নবীশিংনা তম্বা পাও, ইমাগা পোকমিন্নবী ইন্দোন ইবেম্মনা তক্তনা লীবা ৱারী কয়াদগী খঙখি—ঐথোয়গী তাচৌ বারুনি পানথংলকপা থাজগুম নোং-মা নোংমা চাওখৎ-লকখি মহক্না চহি ৭ চঙ্লক্পদা গৌরলিলা অমা শান্নখি—মহুদা মহাক্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু শাখি। লিলা অহুদা মহাক্না অম্বুকী মতিক ফজনা মহাপ্রভু ওইখ্রে—মহুদি লিলা অহ য়েংহোবা মী পুম্বনা ঐথোয়গী ইমা অমম্বুং বাবাবু মতম কুইনা প্রভু মমা অমদি প্রভু মপা হায়না খঙনখি।

বারুনীকুমার অহানবদা ১ নং পেটিগ্র নিম্নপ্রাইমারী স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌখি। মতম অদুদা ক্লাস রানদা অহানবা অনিশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা হায়না ক্লাস মরি খোক্লা খায়দোক্নুা চহি মরী চঙ্না তম্লগা ক্লাস টু বু মঙাশুবা হায়না কৌদুনা চহি অমা তম্লগা বৃত্তি পরিক্ষা থারম্মী। সরকারনা লৌবা মণিপুর পুম্বগী পরিক্ষানি। মদুদা পরিক্ষা পাস তৌরবশিং অদু উচ্চ প্রাইমারী হায়বদি ক্লাস ফোর ফাওবা তম্বা য়াবা স্কুলদা তমহল্লম্মী। ক্লাস ফোর নত্রগা তরেংশুবা হায়না থঙ্নবা ক্লাসতা মণিপুর পুম্বগী সরকারগী বৃত্তি পরিক্ষা তৌই। মসিদা পাস তৌবশিংগী অমুংদা মকোক থোংবা ছাত্র ৫০ থকুং থল্লগা মতম অদুদা লৈরবা অমত্তা ওায়রবা হায়স্কুল জোন্সটোন হায়স্কুলদা মখা তমগনুবা ফংসরম্মী। মসি পৃথ্বীগী অনিশুবা লাঙ্গাও ফাওবগী মমাঙ্দা চংনরম্মী। ঐখোয়গী তাচৌ বারু খৃঃ ১৯২৯ গী নিম্নপ্রাইমারীগী বৃত্তি পরিক্ষাদা মকোক থোংবা ছত্র মরিগী মমুং চন্দুনা বৃত্তি ফংখি। মথংদা থোইরাংখোম অপ্পর প্রাইমারী স্কুলদা তমখি। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাও হায়বদি মণিপুরদদি খৃঃ ১৯৪২ জপান লান ফাওবগী মমাংদা মণিপুরদা থোইরাংখোম, চীংঙা অমসুং থাংমৈবন্দদা, অপ্পর প্রাইমারী অহুমথকুং লৈরম্মী। চহি অনিগী তুংদা তরেংশুবগী বৃত্তি পরিক্ষাদা মকোক থোংবা ছাত্রশিংগী মমুং চন্দুনা ফ্রি ষ্টুডেন্টসিপ ফংদুনা বৃত্তি ফংদুনা জোন্সটোন হায়স্কুলদা তমখি।

অপ্পুম্না ক্লাস ফোর বৃত্তি পরিক্ষা পাস তৌরবা ছাত্র ৫০ থকুং থন্দুনা জোসটোন স্কুলদা মখা তমথহনবশিংবু য়াংখৈ থনবী

হায়না মতম য়াম্না শাংনা চংনরম্মী। মতম অতুদা অপর প্রাই· মারী স্কুলসু অহমথক্তা লৈবনা—ক্লাস টু পাস তৌরবা কয়া মিং চন্‌বা ফংদতুনা লাইব্রিক মখা তমথবা তোকপা ভাখি। অমুম্না ক্লাস ফোর পাস তৌরবসু য়াংখৈ খনবীগী মনুংদা য়াওহৌদ্রবদি তমফম্ লৈতবনা ছ'ত্র কয়া লাইরিক তম্বা তোকপা ভাখি। মখৈদা খৃঃ ১৯৩০ গী তুংদা সম্যাজগী সেবা তৌজনিঙবা লাইরিক হৈবা নহারোল খর থোরক্‌ুনা ক্লাস টু অমদি ক্লাস ফোর পাস তৌরবা সরকারগী স্কুলদা মিং চন্‌বা ফংহৌদ্রবা য়াংখৈ খনবী য়াওহৌদ্রবা ছাত্রশিংগী মখা তমথনবগীদমক্ অনৌবা, সরকারগী নত্তবা স্কুল কয়ামুক লিংখৎখি। মখে'য়তুগী মনুংদা হৌজিক মুৎথ্রবা নরসিংহ এম, ই, স্কুল, হৌজিক লৈরিবা চুরাচান্দ হায়স্কুল, হৌজিক তোম্বীস্না কৌরিবা য়োর হায়স্কুল, বেঙ্গোলী স্কুল, রামলালপাল হায়স্কুল অসিনা অথোইবনি। ঐখোয়না খঙ্‌লকপা মতমদদি জোন্‌সটোন্ হায়স্কুলদসু ছাত্র ৫০ দগী হেন্না মিং চন্‌বা ফংলম্মে। অতুবু বৃত্তি পারিক্ষা পাস তৌবা ছাত্র পুম্বদি মিং চনবা ফংলমদে।

জোন্সটোন হায়স্কুলদা তমলিঙৈদনি মহাক্কী পুনসিগী থৌরম কয়া পাঙ্‌থোক্‌খিবা। ললিত কলাবু পামজবনি—মশামক মতিক লৈবা কলাকারনি। মহাক্কী কলাগী য়ুম্ফমদি ইশৈ—মরু ওইনা গলারাতি হায়না খঙনবা হিন্দুস্থানী সংগীত অমসুং নাট্য অমদি রাবেং শৈরেং ইবনি। মতম অতুদা গলারাতি ঈশৈগী শককম হৈশিংবা উংকমদি ত্রিনাথ খুকময়কম্‌শিংদনি। নোংমাইজিং মুমিত্তা

কমই—মনা য়োল্লি। ঐখোয়মা মাগী পোংকমদা হেক চংলুবগা ঐখোয়বু ভমোক লৈহনা পীজৈ। পাই অমমমসু হেক্ হেক্ পীরকই। মতম অহূগী পাইদি হৌজিকী লুপাদগী হেন্না মমল য়াম্মী। হৌজিক লুপানা ফংদবা পোং মতম অহূদা পাই অমমা ফংলম্মী। ঐখোয় মগুপুম্ববু লুনা তৌবী অবোক চোমু—মগু নিংথেমবু হেন্না লুনা চান্না তৌই। নোংমগী মাগী মশক উদ্র- বদি লৈবা ভমদে। মুমিৎ খুদিংগী মুংদাংদা ঐখোয়গী য়ুমদা লাকই। কৈথেলগী ভমোক লৈরক্লগা ঐখোয়দা য়েন্দুনা পীজৈ—ইরুজবী, খোং খুৎ হাম্বী, কাংথল থাবী, কাগু হুয়্যদোকপী, ঐখোয়গী ফৈজুপ লোনবী। চাকগাই ঋরী লিবী - চাবা তুমনবা মস্র তম্বী - হকচাং নানবী, শিকপী অহূবু ঐখোয় কনা অমত্তা তাক্কুনা মগু নিংথেমগী স্পেসিয়েল ভমোক অমদি লোম্না—মগু নিংথেমদা হেক হেক পীজৈ। মগু মুপানা থেংনা হল্লকপা ফাওবা ডাই-হূনা তুমদনা লৈ। মগু নিংথেম উরবা তুংদতা ময়ুমদা হন্দুনা তুম্মুই। মানা লুনা তৌবা উবদা নোংমা ঐখোয়গী তাচৌ বাক্লনা হায়ম্বি—" অবোক নগুনা ঐবু অমুক লুনা তৌরিবসে—নগুনা অমুক ঐগী ইচা ওইনা পোক্লহূনা ঐবু অমুক শোয়দনা রাহল্লরগনি।"

ইনথুৎলকপা, মথোং কারকপা মতম ওইবনে, মশক্লা লম য়োনা ফজবনে—লাইরিক হৈবা, অকবা ছাত্র অমা ওইবনে অমদি চাবা য়াত্তবা ইমুং, সরকারগী থবক তৌবা গীয়ানীগী (মতম অহূদা কেরানী—[clerk] পু গীয়ানী হায়না খুগুনরম্মী) মতম অহূগী মমিং

চংপা শীরানীদি…যোহোন শীরানী, অঙ্গো শীরানী, অঙোম অঙৌ শীরানীনি ] মচা, মমা লৈবনা পোকপা ওইবনা মতম অতুগী ইরথংলক্লীবী লৈশাবী কয়ানা পামবা—তান্নবা অমদি মচাসুপী পোকপী মপা মমানা মচা মূয়া ওইনিংহনা ডাইশেপ ওইনবা য়া কয়া তন্তনা য়োৗরকখি।

অনিশুবা লাগ্লাওগী হেক মখাগ্ৗদা মণিপূরদা সিনেমা, ড্রামা হোল মশীং য়ায়মদে। স্কূলস্মু মশীং য়ামদবনা ছাত্র ছাত্রীসু মশীং পগুয়াম য়াম্নমদে। ছাত্রীদি স্কুল অমখক্তা লৈবনা মশীং খজিক্তনি। অতুনা পাখঙ লৈশাবী উনদুনা শকখঙ মায়খঙ্নবা বাবী বাতায় শানবগী খুদোংচাবা মকম মতমদি—য়াওশং থাবল চোংকম, চীংগোই বারুনী, চৈরাও চীং কাবদা, কৃষ্ণ জন্ম, খোৗরানী জন্মগী লিকোল শান্নকমদনি। মসি নত্তবদা খর হেন্না খঙ্নরক্ল-বদা লিলা পালাদা অমদি লৈশাবীডুগী য়ুমদা কোয়ডুনা হিদাক ওাম্বক অমত্তং শাৈর লাৈর কোন্দুনা খক্লগা বাবী বাক্তায় শানবা মতমদনি। মহাক অসে মশক কজবী লৈশ্রাবীশিংগী মরক্তা কয়া য়ায়া খঙ্বগে, পাম্নখগে হায়বসে ঐহাক্না খর চাওরক্লুনা ক্লাস সেভেন ককা য়োৗরক্লখদা খঙখি-খায় য়াইস্কুল, খুরাই, বাংখৈগী থাবল চোংকম কয়াদা; লিকোল শান্নকম কয়াদা লৈশাবী, মোৗনহা কয়ানা হংলকখি— "ইবুঙো নঙ্বু বারুনীগী মনাওয়া?"

অনিশুবা লাগ্লাওগী মমাঙ্দা মণিপূরদা থাবল চোংবদা ঈশৈ কজনা হল্লগা খুমহুনা ঈশৈ য়াওনা চোংনরম্মী—মরক মরক্তদা

বেগু করিগুম্বদা খেংলগ্মী। মহাক্কী শৈরেং বারেং মতম অহুম্বী মেগাজিন ললিত মঞ্জুরী পত্রিকাদা—জোন্সটোন্ স্কুল মেগাজিন্দা ফোংখি। মহাক্না ক্লাস নাইন কাবদগী মশা ওমদবা হৌরকখি। ইমা অমসুং বাবানা মখল-কয়া, মওং কয়া তাক্তুরু, য়াইবা, এলো-পেথ; হোমোপেথ, নচরোপেথ কয়াবু য়েংহনখি। পুক্ শুখি—ইরাৎ চবান থৌ কয়া পূজা কয়া তৌখি। মখোয়গী মচা অহন্ মখোয়গী থবায় ওইবা মচাবু কয়নবা মখোয়না ওমজবা অথাকপা লৈতনা য়েংখি অদুবু ফরকপদি লৈখিদে। মহাক্না ক্লাস টেন কারবা তুংদগী নাবা হেন্থিল্লক্তুনা কালেন ছুটি মতুংদগী স্কুল কাবা ওয়-খিদ্রে। চহিগী অয়াম্বা শরুক স্কুল কাখিদবনা হেড মাস্টরনা পরিক্ষা য়াওহল্লরোই হায়রবদা লৈখিদ্রবা ওজা হিজম অওৌনা হায়দুনা মেত্রিক পরিক্ষা য়াওহনখি। মহাক ফার্স্ট দিভিজন্দা মণিপুরীদা লেটর ফংদুনা পাস তৌখি। মেত্রিক পরিক্ষা হায়দোক্লবা থা অমগী তুংদা মহাক ফমশেন্নবা নারকলে। কন্না নারবা ফমশেন্নরবা কাওবদা মহাক্না পামজবা মণিপুরী সাহিত্য লেবা লেপখিদে। ফমুংদা ফমদুনা মথুংনা ইবা ওমগ্রবা কবিতা – " কান্থি কোকিল " মানা হায়রগা ঐনা ইথোকখি। অঙাং ওইবনা মহাক কয়া কন্না নাবগে খঙ্খিদে।

নোংম্যা নোংমা হেনজিল্লক্তুনা মেত্রিক পাস তৌরবা মতুং থা ৭/৮ ফমশেন্ননবা নারক্লগা মশাগী চহি ১৯ মপুং ফারকপা মতুং থা থরা হেল্লকপা খৃঃ ১৯৩৯ জানুয়ারী তাং ৩ লৈবাকপোকপা

মুখিংকী মুংদাংদা ইমা বাবা অবোক চোম্নু, মনাও মচন পুম্ববু অম্বাবা নিঙমদবনক্তা থনমলগা মহাক মালঙ্ লৈবাক স্বর্গদা চংখি।

মুখিং অহুগী থাবল করবা মুংদাং অহুদা অপীকপা মুম— খাংপোকশংহুদা ঈরু মাইথজরগা চন্দন চৱা খিন্দুনা কোম্নেং শলাই য়েত্তুনা পাখঙ্ শাম্নায় হাপলগা লৈগী দোলাই তোংহুনা খাম্বী মৈরা মরক্তা মালঙ্ লমদম পাংখিদো। ইমা বাবা অবোক চোম্নু মনাও মচন পুম্বা ও খোংনা কপ্না কপ্না খিন্দোকখি থম্বাই থোঙাল লাম্না ইম্ফাল তুরেল তির্থ তম্না।

মুমিং শিংবুম কয়ানি অহিং নোংয়াই খুদিংদা বাবানা মহাক্না হেক হেক চংলম্বা মকম মহাক্না ঠাকুরগী মন্দির তান্না মাবু কৌ কৌহুনা চেনখি কপখি হংখি। ইম্নানা তত্তনা অম্বুক মুংথিল মুংদাং কপ্না কপ্না কৌখি। মহাক্না তাখিবরা খুমখিবরা? শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইরগা নবদ্বিপ বৃন্দাবন চত্তুনা ইমা বাবানা মহাকপু থিখি ফংখিবরা উনখিবরা করিগুম্বদা খোমলেন মঙ্লান্দা।

চহি মঙাগী তুংদা মাবুতা কৌহুনা লৈরম্বা অবোক চোম্নু চংখ্রে চহি তরাগী তুংদা মাবু নীংশিং নীংশিং গুং গুং কপ্লম্বী অপোকপী ইমা চংখ্রে। চহি তরাতরেং চুপ্না মাবুতা শোন্দুনা লৈরম্বা পম্মৌ অপোকপমু চংখ্রে মালঙ্গী লৈবাক অহুদা মখোয় পুম্বা লোইনা উনরম্রিদম্রা?

মনাও—

সোনামনি

তাং ২৫।১।৮০ ইং।

# অরানবা চুমথোকপা

| লমায় | পরেং | অরানবা | চুমবা |
|---|---|---|---|
| ১ | ৫ | পাওমর্সি | পাওমসি |
| | ১৪ | মরু য়কলে | মরু হুয়কলে |
| | ২০ | পাম্মবগী | পাম্মুবগী |
| ২ | ৬ | মোম্নু | ম্মোমন্নু |
| | ১৩ | ভময়ানাদ | ভময়ানদি |
| ৩ | ১৬ | শাব | শাবী |
| | ২১ | থক্তুদা | থক্তদা |
| ৭ | ২ | য়াথোং | য়াইথোং |
| | ১৩ | হায়গা | হায়রগা |
| ৮ | ৮ | লোইরগা | লোইরগা |
| | | পিথুই | পিথ্রাই |
| | ১৯ | নোংবম | ণোংবুম |
| ১০ | ৯ | বড় চউবা | বড়াচাউবা |
| | ২ | খোলেন | খোম্লেন |
| ১২ | ২০ | থোইময়োন | য়োইময়োন |
| ১৩ | ১ | পেচম | পেমচা |
| ১৪ | ১১ | মেম্নু | মোমন্নু |
| ১৫ | ৬ | লৈবাং | লৈয়াং |
| | | ওহয়েদো | ওইরেদো |
| | ৭ | য়বা | য়াবা |
| | ৮ | মিতমপেক্ | মিতমপোক্ |

| লমায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| | ১৯ | খমুংগী | খমজুংগী |
| | ২৩ | মংমপুং | মাংমপুং |
| ১৮ | ১৩ | মালং পন্দা | মালংপান্দা |
| ৩৭ | ১ | ভাতি বিচার | জাতি বিচার |
| | ৮ | শাওনি | পাওনি |
| ৩৯ | ১০ | কচিন্দা | কাচিন্দা |
| | ১২ | মশী | মাশী |
| | ১৪ | হোপইনো | হোপাইহুন্না |
| ৪০ | ৮ | খহৌদনা | খঙহৌদনা |
| ৪১ | ২ | নিবা কইবগী | নিঙবা কায়বগী |
| | ৩ | আশ | আশা |
| ৪২ | ১১ | লমজিংনা | লমজিংহুনা |
| ৪৩ | ৮ | অহুক | অমুক |
| ৪৯ | ৯ | খদবা | খংদবা |
| ৫০ | ১ | চাংলেম্বা | চীংলেম্বা |
| | ৪ | হানভাইনি | হনিঙাইনি |
| ৫৭ | ২ | থারমা | থারম্বী |
| ৬১ | ১১ | মেখোংখা | মখোংখা |
| ৬৪ | ২০ | হামচঙনকরে ই | হামচংনকরোই |
| ৬৫ | ৭ | পম্বোপী | পম্বোপী |
| ৬৬ | ৮ | মহকী | মহাক্তী |

শ্রীসোনামনি সিংহগী হান্না কোংখ্রবা ঃ—

১। রাখল শৈরেং।

২। শংখানবী।

৩। নির্ম্মল যমুনা।

৪। লৌনম চাওবী লৈরাং।

৫। থংম্মোয় বিনা।

৬। বোমকুদা শিকার।

৭। কায়নবদা।

৮। মংশং ভানবা।

৯। অনি থোক্লবদা।

— ——